ফোংজবী :—

নোলিনি দেবী

লিলোং চজিং





মমল :— লু: ১৫.০০

নমকম : --

সঙ্গিতা প্রিন্টিং ৱার্কস

খোয়ায়থোং পোলেম লৈকাই,

ইম্ফাল-৭৯০০১

# শিংলিবা নুংশিং

( ১ )

নুংশিবী !
থম্মোয়গী পাম্মুবী
নওংঙম নুংশি কনা লৈরিনি
থৌজাল্লবা তাইবঙ লেনসিদা ?
কৌবিরকনু !
থম্মোয়গী য়ারাবা
চীঙ্খান লাংবন খোইহিবা ?
নুংশি কাদা থন্না লৈ
তংনাইদ্রবা থৌজাল মিংয়েং,
গুমহৎলবা মিংনোক,
ওইজবা কয়া থাদোকপা,
য়োকপী শেন্থীবা,. ডাকপি-কনবীবা
লানগল্লবা তাইবঙ খোঙচৎদা !
কদায়. অদোমগী থম্মোয় ইতিহাস
মফম, মতম, থোদোকা চুনবা ?
—মনিগী লমদম মণিপুর
লাইগী লৈবাক লাইরৈবাক ?
– সনাগী লৈবাক ক লৈবাক

লাইগী নৈবাক লাইরেম্বাকনা ?
কনানো লাইরবা
লেপকদবা পংতংলবসু
চিংক্ষম খঙত্রবা সনা মনি মরক্তা ?
ঈরোল্লুংদা তারিবমিশিং
চাউজনিংবা, কল্লকপা ?
কদায়দা লোৎকদগে
মুংশিমাঙদা মায়থিরনি মায়ামরীচিকা,
চৎকদবা নত্তে, অমম্বা লম্বেলদা
স্বর্গ নরক অনীগী মরক্তা ?
মমলবা লমায় শেংদবা মথৈ
মাঙগ্রসমু লৈচীল মুংশাদা
মীনম্বা থরায়শিং চৈথেংলসমু !
মুংশি থম্মোয়গী মিঙৌ
অমদা পোকপী মমোমদা
কৌনজৈ থোইবী
থাদোইদি নত্তনা
সিবু মরাল-লা পলেম-পম্মোগী ?
কৌনিংবতা কৌবিয়ু
থোননিংবতা থোনবিয়ু
থম্মোয় মানা মীনমত্রবদি !



( ২ )

তুমলুরে কুমওন কয়া
অমম্বা উমঙদা
রিপগুম, রিপগুম (চঙ্কিকুন)
ইঙাও ঙাওরে।
—মাগী অরানবনি
অশেংবা ঐগীনি।
—নত্তে, অচুম্বদি সিদা !......!
থেঙলে, থেঙলে !
থেঙমললে ! ( শাওনিংনা )
অপঙ ফুদোক্লবা মতম নত্রে
মৈতান চাবী. তিল্লাইথোম্বী
কুরাক ওন্দুনা পাইখ্রে !
করি ফংগে তাললিবা
মতমবু থিংগে থক্লিব্রা ?
নথন্তগী সংসার শেমলিব্রা ?
হোংনাইবা মহৌশানি
থুবা তপ্পগী রাকমদনি।
য়েংবিয়ু, নাকয়েং, তুংমাঙ
হোংলি লোন কয়া, ময়েক
মাংথাখ্রবা লমদমশিংদা ?
থিরুম্মু চুমথাং মথোক্ত !

ফংবা ওমলোই
ঈশিং মুংশিং, মুংশাগী
মরী নত্তনা !
শীজিন্নব্রা প্রোংকী কান্নবা
করম্না খঙগনি ?
লাল্লিবদি ময়েক নত্তে
হিংমিন্নবা খঙদবনি ।
ভাইরিব্রা থিংহনা থমলিবা
নীংথায়রকুনা পুথখিনবা
নরল-নথুম, নশাগা
সমাজগী অহোঙ, ঈচেন্দা ?
অতুবু ঐগীসি অমুক্তং ...... !
অস ! লোয়না উরে
অভানবসিদা, মীমাঙসিদা
লোয়রেনে !

( ৩ )

ইপু লাইনি
ইবেন লাইনিদ্রা !
ইপা লাইনি
ইমা লাইনিদ্রা
সিবু নম্বা লৈগদ্রা ?

খঙবদি লৌশিংনি
কাক্তি কাকহৈদে মীমাঙদা
মতম পাঙ্গল চঙশ্রবা
ঈগী ইতিহাস মক্তনি ! ঈগী ইতিহাস !
হাঙলুম্ন অরীবা লুবাক
ফংজনি পাপ
পানজনি লাইথুংচামনিপাল ! ( অহলরা )
ওমলোই. ইথন্ত হিংজবা
হিংচাবশিংনা থল্লবা জঙ্গলসিদা
তেল্লবা ওমথৈস্ন নাইরবা খোঙচৎদা !
পীকথরকনু থম্মোয়
তূম্বা হিপ্পা ওমশিল্লকলোই ?

( ৪ )

লাকলে ! লাকলে !
? ? ?
মীয়ামগী মতম !
অনৌবা যুগ !
প্রজাগী জয় ; ( উইরুমন্না )
থোঙ হাঙদোকপীরম্বা নহারা
মিকপ থোকফাৎত্রিবশিংবু
মঙওই হাওই লাউহনবিরমলে

জয় ! প্রজাগী জয় ! জয় ! ( পেম্নবা )
চংখ্রুসম্ন লাইগী মচাশিং !
নিংথৌ, অঙম্বশিং ;
চাউজনিংমললি !
হল্লুকক্ত্রসমু !
ইনমসে. ইকু হুখ্রে
লাল্লুপসু কা রাশাসু শা
ঈ শুমহ্ননা, নৈথ্রবা
তিম্নবনি, ঐখোয়
পাণ্ডবা নখ্রে
অচুম্বনি, অশেংবনি ।
তিম্নহ্ননা লাকলবনি
তাইবঙ পূন্সি !
করম্না খাণ্ডগনি
অচৌবা ঈচাউনা লাকলবদা
মঙোন্দা চংজবা নস্তুনা
করি উপায় লৈগনি
পীকলবা ঈচেল নঙদি ?
মহৌশানসু য়াম্রে
নশানসু ঙমলরোই !
ও ! লাইবক ফবনি
চীং-লৈবাক, নারকী কেতুকী

নোংচুপনা নোংপোক থিরকপা
নঙগী মঙ্গলদি
নঙগী লাইবকনি ।
অমাঙবগা অতোংবগা
শিন্নবনি !
মায়থিবা নত্তে পূন্সিগী
জয়নি হিংমিন্নবগী ।
অতুবু – পেন্দবা অমদি
মহৈদি তন্মীরমলে
পানবদি নংহৌদরে ।
থেংনবা তারি অরাবা কথা
চাংয়েংদি অনৌবা !

( ৫ )

কদায় মরুভূমি মৈশা
সাইক্লোনগী অরাব৷ চৈথেং
উনগী নোংলৈ মুংশিং, অকন্নবা
অশাওবগী মৈচাক – লৈমানিংথৌ চাকওম্বা ?
অরাবা নংদনা মুংঙাইবা, নত্তে মুংঙাইবা ।
অরানবা খণ্ডনা ফংবা, নত্তে লৌশিং ।
খাদি, তুপীনা "কংগ্রেস" ! অঙাংবা তুপীনা 'কম্যুনিষ্ট'!
লাউরি !
তুপী নত্তে পামজিবা; ফিরাল নত্তে তাল্লিবা

য়াইহ নত্তে কংনিংবা ?
কনা কনানো ?—তুম্নীরা ? অতৌবা ? অঙাংবা ? অশংবা ?
শেঙ্গাও পায়বা, লৌয়ামচাবা—অচেংবা লৌগনবা ?
ও ! য়াওদে য়াওহল্লিংবা, লায়রবগী মী।
– নপোই পোইরে নেতা, ফিজেৎ হোংলে
খম্মোয় লৌগনবা, মতৌনা সাধু।
নীতিনা অমা; নেতানা ওন্নবা।
মাঙলে ! মাঙলে !—মাঙলনি, নিংথাদা খঙই। (লাউরমনিংই)
ওন্নরে, ওন্নরে ? ?
খঙদবনা ইরলনি; উদবনা ঈরাচানি
ঙমদবনা অশোয়বনি।
কনাসু থোকলক্কে !— লাক্কে !
অয়ামচা, পঙথরে, থৌনা য়াওত্রে। ( হৌবদগী )
—মীতৌ তম্বা অরায়বা নত্তে।

( ৬ )

( কপ্পা ) সেবা তৌজগে, কংজগে। ( পি মরিকসু )
পুন্সীসে কথোকলবনি মীয়ামগী
ইশাগী ওইজবা থাদোক-ল-ব-নি। ( হায়নিংদবা )
—মাল-লিদা, নেতদ নেতা,
ফিজেৎনে, য়াওাঙ শা-ঙাওনে,
মথুং মশানে, মমিৎ মনানে

রাশক্রা শক্কলশিবা।
ও! অখোংবা হূই, চীকন্দবা ?
হৈমা! অস! — সীম্বোল নীতি! (রাজনীতি ?)
যণ লাইনি-য়োকপী থাকপিবা … …
—খোংনাং—চঙজক্ষম, পোশ্বাক্ষম … …
—ফৌ চরোং-থাঙ্গোল থরায়নি লৌমীগী.. ।(মানা মানা থোকপা।)
নীতি রাংইদা, রাখল হোড্রোং ! !
তুবোনবা মীমাঙদা—
অঙানবদা সাধু; অমম্বদা ডাকু।
হে! শেলনি, শেল !—চায়রে।
—ফৌ মরু চীকউ! নচা পায়য়ু!! ? ?
থাজদবনা লৌজদববু নমখ্রে, পুনখে... ? ?
লোয়রে! শাগৈ নাতৈ, মরুপ মপাং
দ্রোপতীদা মঙায়রে, বন্ধান!
ফাওরগা লাইবক ময়ামগী (মরু ওইনা এগী ?)
ফাওদ্রগা … … ? ? ?
কলিস্থু থুংলরে
শনিস্থু ফমহুনা লৈরে
শিন্নদবস্থু য়াদ, থনফমস্থু লৈত।
হো! নোংদম্বা, থোকপা থোকপা!!

— ꞉ —

( ৭ )

অবতার ! অবতার !
যুগগী লাই—ঐখোয়নি ! ঐখোয়নি ! ( পোংজবা )
লাইগী অপাম্বা, নমু ৎাইবগু শেমফদে ;
লেপ্পা য়ারোই— । ( নখোয় মীনি )
মিত্রং হৈবা, যাদ্র খণ্ডবা
তৌগেদা ভম্বা লাইগুমনি । ( লাইগুম্বা )
—লোইনা তুখে —নোনখে
তরেং লৈখে দনা ( পুম্নমক ) ফজনা !
—থক্কে, চাগে পীজো, পীথকউ
থাজিল্লু শুমহৎ নাক্ত—ঙাওরিউ, লোইহোগে !
কুনীতিগী দশা অব্রাবনি
অনীরক শিবা—অশিবা খুবম ?
—ঙমদে কবম্বা মায়ানো
নাম্থোক্কে খল্লি, খোয়ন্নতুম চেৎশিল্লক ?
হো ! লাই ! করম্বা লাইদানো ?
হিংচাবস্থ মান, লাইস্থ মান !
—তম্মা লাই ? লাইমু ? লমথন ?
—লাইচুজনি, নকউন্নু, হান্না কাম্হনগন্নু—
হে ! ফোংলকলে, নিংঙাইনরক্রে—করম্নো ? ( মথী )
—নতেক্ষমদা তেরো, নহঞ্জনক্ষমদা হঞ্জিনবীরো
শেলয়োমসি চানবীযু ... ... । (লাইতায়নবা থেমই)
ও ! খুৎথেংননা লৌথ্রে, ঙইরনি ।

—:—

( ৮ )

মায়দা পাকপীয়ু; পায়দা পায়বীয়ু
অরাংপদা তাকপীয়ু — মপৈ মপৈ !
— হে, লাংদা থুরবা কৈ !
লেঙব-ওংপা য়াররোই, পুল্লবনি
নখোঙ, নখুং, নঙক ... ... ।
— উতুপ লাংনা কনবরা ?
শেলগী লাংনা হেনবরা
— শান্নবা মাগী লিলানি
লিশিং চংপীনা পুল্লবা, নঙদি !
ননিং তৌজো. ঐ লৈরি
অপাম্বদা হায়য়ু, খল্ল ।  ( মহাজন্দা )
করি পাঙবী নখোয়না  ( ফমগী )
ইরৌশিংনা ফংজবনি
ইসঙ্গনা ওইজবনি ।  ( প্রজা উরক্কবা )
— থোইদা লুচিংবা. অত্থনিদনা মনি !
লৈত্থনা কারকপনি; লৈত্থনা তানগনি
লেনা-লৈনা শান্নগনি ।
ও !  নচা ফত্তে রাজবা
মরা ফত্তে. শিবা ঙায়বা ?
শগোলস্থু তোংখে; খুজীস্থু পায়খে,
লাইবকনি লাইবক !  ( অমম্বা ? )

( ৯ )

খল, লিশিংগী খল
খল, লাক্ষগী খল ? [করম্বনা লুমই ?]
—মিচং মীথায় নাইদে
ইচা মীচা থায়দে, অঙম্বা, লাও।
চংনবী—"পীবা-লৌবা-" হৌনখানি, ইকাইনিংঙাই লৈতে।
ওনবা মানবদনি; মমুং হোংদবনি।
—অঙম্বগী, অঙম্বগীনি তাইবঙসে ?
লৈবিয়ু, লৈবিয়ু! কৈথেনসিদা, অক-মুংঙাই। (শেলনা)
ফমদা ফম্বীয়ু; হিপ্পা চন্নকনি
কিদে লৌবদা; পাম্মুদে পীবদা। (চাঁয়ে)
ও! মৈরানবীশিং—হৌ, হৌ,—অচৌ-মচা
ঙাওরকলে, শেলঙালনা য়ৈবদা।
—খঙদবা চংনবী, করি ফংনি
থম্মোয় খুঠম শুজবা নত্তনা।
লৌবিয়ু, লৌনিংবদা, পেকহৌরে।
তৌনিংবদা, তৌবিয়ু, নখুৎদা লৈরে!
—মতম্সি ওম্মোক্না ফরিঃ প্রজা পঙথরি!
তূ! তূ! —নতুংদা ? নতুংদা ?
ঙম্ব ঙমগদ্রনে, অঙম্বা এবু ?
মতম খঙবা, মতম শাম্ববা মীদবো ? (তুদি চুংই)
অঙকপনি! চোক মোক লাউদে। (ফনা-চেৎলিদা !)

( ১০ )

জয়—জয় ... ! [লিংখৎলকই]
শয় শয় ... ! [চাউথোকলকই]
অমদগী অনী; অনীদগী অহুম ... !
ওয়াং থাঙপোক, ওসি দলান উলান।
ও ! পায়রেদনা অল্লা থাওমে ! (আল্লাউদ্দিনগী)
থংমবা, মুমলোম্ববা পুমঙাও ঙাও
অউবা মথৈ পুমথক থক।
নক্রগা—হেল্লোয় লমলৈমগী লৈবাক্ত লাক্লবরা ?
অচিং মুংখিল নাইদনা, অরৎ অরাক মরক্ত
জীপ-কার খোঙনেৎন, শাম্নরিবা লিলা করম্না ... ?
নত্তে, অদা ! — ল থুমলে, ল থুমলে !
—অঙকপা লদানি—অকা-অকুম চঙবা,
শেলাম্ল ! কবো লনা কৈদৌনি ?
ঈপানথা নাইদে ; মতম লৈতে
অকংবদা চঙইবা, খুথ মহৈবা !
থুমনিংইদ্না, চঙহননিংই মখোয়দৌনা ! (পাম্নরকপা)
– শিংই, মখোয়সে; থঙই, উই ফজনা—
অউবনা—শোল্লিগৈ; অয়েংবনা কল্লকলিগৈ।
ম্রাহং—? ম্রাহং—? ম্রাহং—?
পাঙদবা...? চারসিরা ? হুরসিরা ?
লাকলসিরা ?
হে ! শোলমলমিদা, শেলনা তাল্লক্লবস্থ চেনগনি !!

( ১১ )

মাঙদা, মকৈ মরাং—(মারিনবা)

—মহি—মোক—মেগ

পোংনা কারবা মৈথুলক্ত

মপু মনাই মারিরিবা ? (শিনমিন্নবা) [মী-চঙবা য়াদে-ক্লোজ ।]

কলমগী মেলা—ফাইলদা

ভাবোক্না খঙবা ঙমলোই, অহো অরাং ।

—কাঙ চাকচা, য়াথুল নাইদে

কলমনা হূবা, হূরানবা নপ্তে

পোংলাকপা হূরানবনি । (মচা অমগী)

কেথবী মনা নঙগীনি

তনৌবী ইমোম নহাক্কীনি

কুপলিবা য়াংলিবা পূম্নমকসে ।

—নোঙ্গরগা তোংই; য়াল্লরগা ওইজনৈ

নপচরগা ফংজে, মানচাং ।

ইকুশি—থকনিংবদা থক্কনি

তোনিংবদা তোগনি, ঈথুংদা শো ৈলরিভৈ ।

তুমিংনা পাইবা, ঙঙবা

করিগী তারুনি, অপঙস্নু নওনা । (অশোনবশিং উম্নিংতে)

চাউ, নথস্ত চাউজবা য়াবরা

লৈবাক য়াওদনা ফংগদ্রা ?

—ও ! লাল্লি, অহুবু নাম্থোকদগে কনান মীরা মীথি ?

কান্নহোবনা তোংজঃহৌপদ্রা ?

( ১২ )

ফাইল পুবা পীকপরা
অইবনা চাউদবরা ? শোইতোবনা হেন্দবরা ?
শেন্নবনা তাদবরা ?
—চৎলু কোক, খোঙ য়াওদনা।
তৌ শোই, খুৎ য়াওদনা। করি উপায় ?
হিংমিন্নদবা য়াবরা ?
চাউবগীসু চাউনা, পীকপগীসু পীক।
—লায়দে, কুই, মতম মাঙই ? ? (ফাইলচৎহনবা)
উন্নরব্রা ? ? ? —নক্রবদি চৎলরোই।
অঙকপনি!—শেলথোক ফাইল; কেন্দবা ফাইল=
মতীক মগুণ থঙনা শেম্মৈ।
করিগী চাবা তলবনো ? ঙমইদা!
হো! সনান ঈঙ্গি শীৎপিগে
নথক্ত পেবু খনবীগে
মুংঙাই য়াইবী কাহনগে। লাও, তুং ইল্লকউ।
হে! নচা চাওরা ?
নগু চাওরা ? (নমহাৎন্নরিবা!)
হিংমিন্নসিদা, নথক্ত মুংঙাইবা য়ানিদা!
পূন্সী খঙনা চৎমিন্নসি।

—:—

( ১৩ )

খণ্ডনব্রিদৈ হূরানবা, অশিংবা হৃরানবনি ?
অপণ্ডবনা হূরানবা, চেন্নৈ। (হঙোই)
চুমচং ! মী ওইরোই যুগসিদা !
অহুবু ঐখোয়গুম মুংঙাইবা লৈরিগদ্রা !
হুমাং মমলদা মুংঙাইজবা,
মপাম্থোংদা রাজবা মাল্লবস্থ !
— ও ! নচা-নগু ফাওবা হৌগৎলরোই; (নঙদি)
উরেদনা—চাউরবা মথোনগী য়ুমকৈ ... ...
পাক চাউরবা লৌ-শিং ... ... ! (হূরগা লেপহৌরবা)
মীরোনকয়া চৎলগদবা, লৈহৌরগদবা। (শেম্বীরম্লবনি)
ঙসিস্থ হাই-হুম্না পাল্লিবসিনি। (নঙনা ফংদবা)
হূদনা মুংঙাইবা ঙম্বরা ?
শেলনা ঙমদবা লৈরিবরা ? মা; য়াওদনা য়ারিবরা ?
—শেল পাম্বরা ? কোম্মুংগুম পান্নিংব্রা ? (শুদনা)—
মরেং, মরেং চৎলবানেকো ! (কৈনোমা খল্লকলে ?)
হঞ্জিল্লকপদা লামনিংলে, মনিংলে। ( কাম্থোংচৈ)
থৎনিংলকলে, য়েনখা ফাওবদা ... ...
তম্বা য়াদ্রে, য়াম্না খল্লে ... ... । (মফম, তঙ্গা থিবদা)
পাপনিকো ! কোম্মুং তুমদবনিকো ! (অহলরা)
—কান্নদে, চুমচং রাদবা লৈতে।

ফরে, ফরে—হ্ৰান্নরসে, হ্ৰান্নরসে ?
অঙম, অঙম লাক্লসে, ফোইনসে ?
... মুপীস্থ—অঙাংস্থ ... ... ?
অহুদি—ফত্তে। কদায়দগী ?

( ১৪ )

ফনা তামলি, ঈহুৎ ঈরেং ... ! (উগদবা)
? ? ? ? ইতুংদা ?
—কান্নদে, পেন্দবনা লোইরে
ইমং লাম্বা ফংজিনলক্লদৌরবসিদা। (অমদি তৌরগে)
হকচাং পোলাং তুরক্কনিদনা ?
পুকচাউবা অফিসার মঙোন্দরা।
মিনম চিকাদার অহুদরা, নক্রগা
কিগনবা লম্বী চৎপা মঙোন্দরা—চেন্নগে, খঙনি। (ননগে ?)
—অমনা অমদগী তাদে,
চপ মান্নে—অশেংবা য়াওদে (খর ফাওবা)
মশাগীদা য়েংবমক্কনি।
য়েংউ, কুম খুদিং থারৈ, হিংদনবা
তাংকী কোরম্নুংদা, মচা—মচা ...।
লোগনবা খুৎ, ভাইভমদে নীনি শুদে
লাকনৈ, মুন্নে ? ? (অঙকপনি ?)
—মপোংস্থ খঙদে, মরলস্থ উদে ।

মমাঙস্থ উদে; মতুংস্থ য়েংদে।
ফজে—অইবা হৈদা, চেশুবা
ওইদবা পরেং শাবদা ব্লারেদা ?
—করিনো ? করিনো ?
মাঙলে ! মাঙলে !—মরুভুমি ! মরুভুমি !
কদায়, পোথাফম, চণ্ডজকম ?
হু ! হু ! হু ! — ক্বাক, ক্বাক...কাব্লা—ব্লা ?
—ইয়ে ! ইয়ে ই...য়ে !
কনখ্রেদা মুংশিংসিস্থ—লোয়দেনা...ই...হে !
হে ! লানজদবী দশা, মাঙলেদনা ? (নম্বা)
—নিংবস্থ থুংখিদরে; লম্মনস্থ শেরাম্নরে ?

( ১৫ )

শঙাইনা হানৌ চারদরে,
লাংমৈদোন পাইরকখিদরে
ক্বাক্কী লানবাওস্থ তাখিদরে
চরোই তেতু খোঙলদরে ? (মুরুম মুরুম শোম্না)
শঙাই হায়দি উচেক্লা ?
তেতু গাড়ীরা (হব্লা) ?
পি, পি—মরিক—মরিক। (পুপূগী মিংলুদা)
—অসোম ব্লাংমদা, চীংলোন ব্লাংমদা
মুংশি-মরি, ফজে—নক্লখ্রেদা !

লমদমসিদা হিংচা-মরি
মুংশি হৈতবা, চাগদবগী খল্লবা ?
—নোংমা শিঙ্গুরক্কনি, ওসিদি খঙলরোই—
ঐগী থম্মোয় পিরাং অর্থ, অল্লাবা ।
য়েংহৌ—মুন্না, মতম অত্থুদা তেংথারক্লবা ।
থম্মোয় পান্দে ! থম্মোয় পান্দে !
মহৌশাগী ধর্ম্ম হোংবা নাইক্ষদ্রবা—অথোয়বা
কৈগী মপান নাপীনা তাং
নাপীগী মপান কৈনা তাং ।
ও ! ইশাবু হাৎচগদৌরে
তপ্না তপ্না পায়শিল্লকখ্রে
মহৈ মাবু তুংওইনা ?
পি ! পি ! অহলগী পিরাং ! (অউবগী)
—হে, হিংচাবশিংসে ! ফৎমনদে—হাৎলুনে !=
ইপু, কনাস্থু লাক্লেয়ে !
চৈশুসি সে ? ?
—কান্নদে, মমিৎদা খুদোনবী থিল্লবস্থু কান্নররোই
ইপু, ৱারী লিগে ! (শিন্নরম্বা)

— : —

( ১৬ )

তূ! তূ! লম্মৈ! লম্মৈ!—
—মৈ - ও! ও! মৈ! অতুৱা? (খঙদনা ঙকপা
—কয়াদা—ফজখ্রবা—সনা—অহিংবা—! (মাল্লদনা)
ফাও, ফাও—ঙকউ! লৈবাক্ত তাহৈদে!
চাবসি।—আই! তাহনথ্রে! —? ? (তাঙ্গোই চাবা)
—লৌরেদনা চীং, অঙাংবা মৈ মোংফম;
ও! মাঙলে, হিংনবা মরি হাৎলেদনা।
—অমম্ভ মাম্নদে, থম্মোয়শিং
তোঙাল তোঙাল্লি, লম্মৈ-থম্মৈয়!
?—হাৎলে! হাৎলে!—তুমলে!
কনবীযু! কনবীযু!......?
—মাঙদমু লাং, তুংদমু-তেন। (হিংচাবা?)
হাওরনিদা সৈত্য—ফনা ফৈ।
—কদায়, উমং আইনশিং, মুংশিবশিং?
চেদা—ইরি ফজবা রাহৈশিং।
হিংনিংদ্রে! হিংনিংদ্রে! হিংফম খঙদ্রে
শরু লৈবাক সিদা, চমলৈপুরসিদা!
—করিমু থনদে, উদে, চমইদা! (শাওনিংই)
তূ, ইকোক কোক্লবা মরুভূমিদা
অকঙবা পোল্লাং মপৈ, মপৈ ...? ? (উদ্রা?)

( ১৭ )

য়ুহার ! — হারে ?
থা য়াং. নোংপোক নোংচুপ – ? ?
মানা করিদা হেনগনি
ঐনা করিদা য়াংকনি ?
শাগৎলুদা, খম্বা—থেকউদা লাঙলেনহন, থেক, থেক।
ঈশৈশু শকপীগে, পেনাসু খোঙবীগে।
ডাওরে. ডাওরে—লৈকাইসু, খুঙ্গংসু ?
—লাইরেন, মনাইশা !—হো ! হো !
লৈরসে, … … মতম ওইরে ?
কদোমদনো ?—তেরা মফোন।
মায়কৈসু খঙদ, পম্বুংসু উদ
মালং-মুংশিংগী শাথেক্তা, পাইরিবা ?
ইপা লৌনি, ইপুলৌনি ! লাকলে ! (অঙাওবা ?)
হো য়াল্লো, হো য়াল্লো !—য়ানগনু।
হো য়ানসে, হো য়ানসে !—য়ানগনু !
ও ! লৈচাউনবা—পূন্সিমুংশাংনবা—অফবরোমদা !
—লাউরিবনি-(খুনমাঙদা) লাইপাউ
—পূন্সীসু মুংঙাইরকউ, হিংনবসু য়াল্লমউ – !
লীকলমসু শেংহনদ্রে, আহা !
পারমসু লুহনদ্রে—মকোক মরুসু নাইদ্রে ?

ইকাই, ইকাইজৈ ?
চংলমদ্রে, মচি লেঙলমদ্রে
মিংয়েংসু লেপলমদ্রে
হৃগাঙবদা পোংজবমলে ?

( ১৮ )

শৃং থমফম লৈতরে (কেবদা)
খোঙ থাংবা ঙমদরে ।
—কদায়দগী নোংপোক নোংচুপ শেংচিল্ল ।
তম্বা ঙমদে পূন্সী,
শিনি খঙনা পাল্লিবনি ।
অপাম্বদা শেংকনি; ইনিংবদা ইনগনি ।
পূন্সীসে,—কলানি কলা, (আর্ট)
আর্ট পুম্বা ঈশাদা হাপ্লগে ?
- য়েকই, তৈ, থাই
ফাই নপ্ই—কোংশি. চোল্লি ...... ।
হো, খোইমু মকোক ঙাওহনগে
লৈওং লৈচু লৈনমদা ?
তাইবঙ থকথা নোমগে ?
হৌনশানি - মহৌশানা য়ারি, পীরকপনি ।
অনৌবতনি, উবা য়াদে ... ?
হোংত্রবদি—অশিবা পোংশকনি
মহাও লৈত্রবা, অচম্বা ।

কল্লকইদা৹ অত্থৈংগী—লৌশা-শাই ।
হৌজিকপু— ? হৌজিকপো ?
—নজাতিগী ফিজেৎ-চাকচা ?
ও ! ইশাসে জাতিতগী নত্তেয়ে; ইশাগীমুনে ।
লৈবাক মাঙদা—মোইরাংফি পুমঙৌফনেক ... ?
প্রাইভেদ লাইফম্মু নীংতমহল্লবোই ?
ঐখোয়তবু ময়েংবিবা, নশাদি উদবা ?
পংকুপ কুপশিনবীরকমু,
অঙাওবা—তাজনি, লৌবা খনবদি হৈত্রগা ।
—অশেংবা অক্কুবা—লৈতবনি
মফম মতম য়াওন মখা পোনবনি ।
লমচৎ ?—
ফিজেৎ নত্তে; মীননি
লৈকুৎ,—লৈরাইদা লৈরিঙৈ কাইদে ?
চেকশিল্লগা মমল রাংবনি, অরাবমু হেনবনি ।
অরোৎপা হেন্ন হেন্না য়েংনিংবা
চেকশিনবা হেন্ন হেন্না উনিংবা ?
রাংল্সি, পারা—?
অঙাং ওইখিনি কুইনা !

—:—

( ১৯ )

মথন্তু চাউজবা, মীগী উত্রবা
অশোয়বদা পুথোক্লব'; অকায়বদা শিনগল্লবা।
মঙাক—য়েক্লবনি য়েক্লবা, লৈবাকী।
—ইপু লাইনি—ইবেন লাইনি—থাগৎফদে
লৈবাক মনিল নাইজনি, অপঙ-মহৈ ফংজনি।
ও! পাজোম্বা, পিকমললিদা থম্মোয়,
পিকমন্নবস্তু হোৎনরিবা,
নিংথৌ শক্তিসু ফংলরোই
নম্বা লাকপস্তু য়াররোই। (অপঙ-অশিং উন্নরে)
—মনাওতৈ নত্রে—ঈচেল হোংলে;
ঈচাস্তু পুল্লে চাউরবনি। (উদে ?)
(কন্নবা. চাউনবা), তুংলম লম্বী শেম্নরিবনি ?
কদায়, নওদি নতুংস্তু ইলহননিংঙ্গে
নশাগীস্তু খোপচিননিংদ্রে—কনানা চঙলকনি ?
- নয়ুমস্তু লোয়রে; ইংখোলস্তু তুমলে।
তূ! চীং-য়া, তময়া—চৰ্মক্ত ?
করি উপায় ? করি উপায় ?
(নকোন্দা) নথোংদা পোংজস্তু।
অপীকপনা পীকনা শিবনি, অচৌবনা চাউনা।
কাইনথংদা, করিস্তু ফংদনা, চৎচখিনি তরক, তরক ?

[ ধর্ম্ম মচা শান্নবা ], ?
—অচৌবনা মচাবু চায়, য়োংলি—( অহিংবগী জগৎদা ? )
অরীবা ইতিহাস, অরীবা নত্তে
অনৌবা ইতিহাস, অনৌবা নত্তে—
অমত্তনি, থৌদোক খেন্নবতনি ।

( ২০ )

থোংদা য়াম্লমলে
পৃথ্বীদা তাউরমলে ! তাউরমলে ! (মূর্ত্তি)
—লম্মন খুমলিবা, অহুগীওে—লম্মন ?
কোক মচা ! থম্মোয়মচা !
পাণ্ডবা—খুৎনি; লোয়রবা খোঙথাংনি ।
নত্তে, জয় তৌনবা, য়েংথিনবা-শিনবনি
কলিঙ্গ লান, মায়থিরবনি ।
অচৌবনা মচাবু চারক্লবদি
অকনবনা অশোনববু নৈরকলবদি
অপীকপা থৌনা নোঙবা নত্তনা ...... ?
—অতোনবশিং লানবীরিবা
কাউথোকপীরবশিংদা পীরিবা মঙাল, লম্বী
জয়নি ধর্ম্মগী—অশেংবা জয় ।
য়েংউ, চর্শিংদগী থোরকপা—মুংশিরবা লাইশোল ঈশৈবা

ঙাইনা ঙাইনা য়ৈরবা কাংশি খোঞ্জেল লক্ত
শুমহৎখ্রেনে, খোৗরাংলবশি ! ( চংজক্ম থৗরিবা )
থিংনরিবৈঙ, থুম্নরিবৈঙ ( পঙকান্দা )
লম্বেলস্থ শেমহৌদরে; চৎকংস্থ য়েংহৌদরে।
ও ! কাংশি, পুং—শেল মখোল খোক্তরে ( শেংনা )
—লম্বেলস্থ খঙদরে।
মতমগী খোংমুংদা, কুমজা কয়াগী তুংদা
শাক্কিস্থ লৈররোই, ইশারু তাকচনবা।
—অঙাওবা, অশাওবগী রাহৈ নত্তনা—
--শোল্লবা—, মুৎখুবরা, কল্লবা শক্তি মমাঙদা—?

( ২১ )

মমলে ! মমলে !
কুমলসি মতম ফত্তেকো ......
সে, ঙমোক ...... খর থুরকউ ...... ।
? ? — লৈরক অচৌবা মখি ফোংই
—মোংশোংলক্কগী হেক্ত—মাবু মাথনে !
থিবু থিবনে ! হুপ্পু হুপ্পনে।
—ও ! পুংয়ৈবস্থ মাখ্রমালে—
অমত্ত নত্তে—অনী শুই...... !
মতম অমদা—শাকৈ
ঙসিনা—ভূত—(অমাবী) কিন্নরবা ?

হন্দকসিদি—তিনমু লাইমু কললি—
ফিরাল অঙাংবা, কৎলু।
কোম্থোং খুদিং অঙাংবা! অঙাংবা? (নিনি শুদে)
—লাইগীদবু, মফম লৈতবদোনা ......
পাখণ্ড-লৈশা অনীনক লৈবাক মাঙদা ......
ডাক্তরদা লৌথোকখ্রে, ...... ?
—মুমিৎ মশক উদে, চাক্লৌবা মুমিৎ
হন্দবা—য়াদে, পিবা পুন্সীরোই ... ?
—নিপা মথৈ মকোক য়াওদ্রে
মৈ কৎলু কোম্থোং কোম্থোংদা ...।
ও! তম্নরে লমদমসি অঙানরদা
শান্নরেদনা ফজনা (মান্না)!

( ২২ )

য়াওশং ও! য়াওশং ও!
তো, তো, রিতো, তো, তো! ধোং, নাকুম ধোং, ধোং।
ওইগা য়েৎকা খুৎশন্নবা, কন্ন কন্নদা চোংশি।
মুংঙাইন্নবীয়ু;—বসন্ত য়েন্নিং হুন্নিঙৈ—
থম্মোয়গা থম্মোয়গা উন্ননা, হো চোংশিদা!
—মুংঙাইথোকতবা য়াদে, মরক মরক্লো ......
শাংদোক্লবা—পুন্সীরোল শান্নরিবনি।

আই! ওন্নরে—করিনো? করিনো?
—খুং ককলে, তোম্বা ...
—ব্লেতনা লেল্লমলে, চাউবীসনা...
—শাম্বরমলে শীংজংনা, কোক্কাই...
—লেংলমলে, লোঙনা, লেম্বা ..
—তোকপীরো, তোকপীরো। (পঙথ্রেদা)
—পাঙদবা ঙাক্ত, অপীকপা মুপামক্তা
মমাঙঙৈঙুম নরিল য়েংনৌ, ফজনৌ।
থরুম! থরুম! — ব্রাহৈ অমগী, মিৎয়েং অমগী
তুক্কচরবা—থৌনা লিংজেল। (ঙসি)
পূন্সীরোলম্লু—মাঙ; থৌনাম্লু মাঙ—
নরু কোকচ, অঙাওবম্লু তা—ফরেদনা?
লৈকায়, লৈকায় চঙন্দবা
খুঙ্গং খুঙ্গং হেজিন্নদবা
য়ুমলোন্নবা শম্বল থানবা—নখোয়ননি।
অসিরা নঙগী চাউখৎপা ইতিহাস
আসদরা থম্বীরমগদবা নরোইননাওশিং?
—ঐখোয়গী অপাম্বদু অসিরা
ফংনবা তান্নলিবা অদুসুরা?
ও! লোয়রে! মপা মচা ফুনবা!
মচিন মনাও য়াম্বৎনবা!
মচু তারে সমাজ

মনম চেলনে, খুনাই।
—মাঙবু ইকাইবনে, তুংবু ইকাইবনে
করম্না খুমশিগে ?

( ২৩ )

অরাবনি ! নিংখায়রকপা, মন্থরকপগী দৃশ্য
মচেৎ, মচেৎ শেগায়বিরবা, থুগায়বীরবা কোম্নুং !
মমিৎ পান্দবশিং, কোক য়াওদবশিং—থনখ্রে
লৌগনলবা খুৎশিং মক্ত—করি উপায় ?
কনানো লমদমসিদা চোংথোকপিরকদবা
—নঙবু মুংশিবীবা, উবিবা ?
মপু পাস্ত্রবা লৈকোনগী ফিভম
মালি লৈস্ত্রবা হৈকোনগী শকতম
য়েংঙমদে, থদৎপীবা, নৈখায়হনা মাঙহনবা ;
কদায়, চহি তরেৎ খুন্তাকপগী য়ুম্বী
রাসমন্দনা কংখ্রবদা; চন্দ্রনদীনা তৎখ্রবদা ?
—থরো, থম্বাল পাইখ্রে; হৈনম-লৈনম মাঙখ্রে
শক্তিনা চৎখ্রবদা, খঙদনক্ত হুঞ্জেকলম্রবদা।
নক্তে, ঙসিতগী থম্মোয়গী অরাব।
তুংগী খোঙ্গুলম্ব মুৎলবনি ! (অয়েকপদ ভাইরে)
কদায়, লমদমাসগী পেরামিট
অজন্তাকেপ; — তাজমহল...?

— তম্বীচ্না খণ্ডগদ্রা, তেনরা মোইনা
তাইবঙগী থম্মোয় — চাউজলম্বী ?
হে, শকহেনবা ! নরাইবক থিদা !
অকায়বা মচেৎ অম-অনীসে য়েংলমলগা
হল্লো নিংবা কায়না, থম্মোয় পোৎলুমগা ।
—মশাগী খনগল্লবা অয়েংবশিং
লৌগল্লবা খুৎপুশিং — মপা মপু উদ্রবা
মপু পান্দ্রবা লমদম ! ...
ও । মচেৎশিংদা লৈহৌরে (নপ্তুনা)
অবৌবা, অউবা, অয়েংবা, অশিনবা-গী গুণশিং ।
(নিংখায়বা সনথোং,)

( ২৪ )

থোং নমথরে, পৈরে
লম্বী চেন্থখ্রে, সার ! — ? ? ?
অঙকপা তুরেলনি, পীকই হায়দনি, কনখে — অম্মুক কনবসি !
কনানা ঙমগবনো, বিশ্বকর্ম্ম ওইরবস্নু ?
— ও ! ইজজৎ য়াওখ্রে, গুণস্নু চেন্থখ্রে
মায়দমক ঙাইহৌরে ।
থোংদা পকলে, য়াল্লে
লম্বীদা তারে, চেললে কোনতোপ্পা পুম্নমক ! (মন্ত্রী. ইঞ্জিনিয়ার, ঠিকাদার)

পুকক্ষবা—অচম্বা, ইচা মাঙজরে।
ইমাগী ইবুংঙো, ইমাগী ইবুংঙো !
অশিংবনা চাদনকো, অপঙ-মরলশিং ? (করম্বা অশিংবা ?)
হো, শেম্ন-শেম্ন ফৎচিল্লক্কে
থোল্ল থোল্ল, হোংদে—
থরায় পান্দবা, লম্বী নঙদমক রাজনি ?
দাম-কায়রে ! —চান্স ! গোলদন চান্স !
দাও লাকলেদনা—দবল তোংবা !
নোংজু থাদা-লম্বী শেম্বা-থবক তৌবা মাল্লি
কুবু মখৈ কান্নরে; ঐখোয়তনি মাঙজবা ?
থুদেকউ, থোং হন্ন-হম্না
থুগায়উ, লৈরাই—ঈচেল কনবীয়ু, অতপ্পী ! (তুরেলদা)
—কৈদৌঙৈ, লাকনি ইকায়খঙবা ?

( ২৫ )

ইমা ! ঈশিং লাকলে !
অচ্চা ! টোটি ঈশিংদবু ? (তিম্প্রোক)
—য়ি, য়ি—তীনফা মচা !
চুম্নবা পুরকউ। (হৈরে, হৈম্নরে)
ঈশিং, ঈশিং মক্ত—থুঙ্গং, লৈকায়...। (রেডিওদা)
খুল্লক লৈরক্তা পাইপ—রিজর্ভর। (মাল্লে)
—হৈমা, ঈশিং গাড়ীস্থু চেল্লে—য়েল্লে ? (তোতি...?)

অমগীদমক অনী মাঙহল্লবা ।

—মখোয়গীদি শেলনি; নঙতনি মাঙজবা।

মখুল ! মখুল !... ! (হুৎলকই)

--নখোয়না ফত্তবননি ।

নাত্তে, নখোয় ফৎমন্দে।

কোঞ্জিন য়াওরমদ্রে ! ইম্বুরমলে ! লানমচা ?

—ফৈ—শেল থোকফম !

হন্না হন্না শেমগনি, লেপত্রগা লোইয়ে।

হাহে ! ঙা শিরে ! শিরে ?

মনম কনমনখে, হৈথরকলেদনা ?

—ফৈ—ঙাদি অচাপোৎনি

অচাপোৎনা শিববু, শিজনম্ব

ঐখোয় শোকত্রগা লোয়রে।—ফজৈদা পুকসিদি ?

ও ! শেলনা ঙাওরে, উত্রে— । (নশানা নশাবু তপ্পা হাৎচবা)

(২৬)

মতম ওইরকলে ? ?

কেন্দেল, কেরোশিন..., মৈখেৎনা কদাইদা ?

মমনা মম্বনে; ইমুংনা খঙদবনে। (থমফম লাকফম)

—ফত্তেদা, ফত্তবগী লৈবাকমচাশিং

অনীমক শিজিন্নহন্‌বসিবো !

আই ! রাতোন ! রাতোন ! (লৈরক্ত গাচংবদা)

হৈদা ! হেন্দে—মান্নদৌরে ?
—তস ! পেল্লে, পোকথায়রেদনা ! (ট্রান্সফ্রোমর)
নপুক ফৎমনদে; হাকমলপি ।
নখোয়না হুরানবনি ?'
—নখোয়না হুবদি...অমনবা লৈরগা ?
মৈ লিকপীয়ু ! মৈ খঙবীয়ু ! (মমল ? শিঙিম্নবা ?)
—মৈ লৌ, শেল পীয়ু । (তলব কায়দে)
হাই ! বিল লাকলেনেহে ! অসুক য়াম্না !
—টেবলনা শারকপ্নি; কলমনা ইরকপনি ।
?—মিলখোয়গীদি য়াম্না থিদে, মুমিৎচুপ্পা তক্লবনি ।
তুমিন্না য়েংউ ! শেল তিংউ ! ভাব তারক্কনি ।
—বিল শাবা উন্নবীয়ু ? (নশা নাম্থোক্লবা)
মৈরি পায়বা, হৈদকো !
সরকারগী মৈ; শেলনা ফুরিৎখাওদা ।
কায়দগী শেল কাগদগে, সরকারদি সিরাইদা শান্নবে !

( ২৭ )

ফত্রাক ! ফ্রং ! ব্রং ! (রো অহিংবা)
—? ? ? -ননাওসিগীনি ।
ইকাইপনথ্রপোৎনি, দিভিজনগীনি, অত্থু অদা নত্তে ;
চান্নরবনি, নত্রবদি নতৌত্নদা হঙ্গোয়রম্বনি ।

—ঙরাংগী—নখা অঙাং—এস, ও...
উক্সনে ফুরা দলান, হুগা দাগা...
পুংচম নঙগী-নোং য়ুবা ঈগী মুম...
—লৈক্ম লৈরোইকো হয়েং...। (ইমুংগী?)
ও! মুংনা থোমলম্বা; থাঙনা য়াল্লম্বা...!
য়াদবগী, ফারুবগী...করি মরালনো?
—মশক খঙজিল্লু, য়োৎনা শাবা নস্তেদনা
অশেংবসি মা মঙায়রেনে...।
—চোংথোকপিনবস্থ লৈত্রি; কনবীনবস্থ উদে -ইথস্ত?
উরু উরু কোকসি—ইমুংদা ইথস্থ তারে
মপান্দস্থ নাইতোম..?
—কংথোকপগী পূন্সীনি ওঝাগী
অরানবা তৌরুবদা পুমাঙ মাঙলগদবা!
ঙসিনা করি, ইমুংনা করি...?
পুমকায়; কায়রে—পুমতোয় তোয়রে—
পরিক্ষা! পরিক্ষা!—নোটরিক্ষা?
লৈতুম ওইনা পাইরকই
পীওন ওইনা চংলকই
মরুপ ওইনা হঙলৈ।
ঙসিদি লোয়নমক হৈনরে।
অথাবনা লোথোকফম চাদনা য়েপলে
অচেনবনা থৌরিবা, চৈ লাল কাম্নদ্রে।

—ও! চৈবম্নু ওমদ্রে; ফাবম্নু ফানিংদ্রে
শঙবা তাবে, লোইদ্রিফাওবা?
কয়াদা, তেকলিবা ঙানোনেসে
যজরে, ফজবে,—মতমনি, নচানা...? (অহলনা পুশিনখি)
—অহাওবা অত্তিয়াগী লৈচীল!—

( ২৮ )

উং! উং! ও...ওক!
—নতোন মেঁল্ল, নমায় লৈথোকউ।
কেরোশিন মনমসিদি......
—মফম লৈতে, উপায় লৈতে।
থুই! থুই। সিবু.? (দশবীন)
—তুম্মিন চৎখো, সিদা লৈবশিং, ব্রা ঙাঙদে। (নোংমত লাকপ!)
মায়দা পাল্লমনি, মুমিৎ য়েংউ।
—থোঙ, থোঙনাও হুন্দোকফমনি, পৈরিবশিং...? (উরেদনা)
হল্লসিরা—কিরকলে মফমসি।
—ংম্মোয়স্নু য়াদ্রে, খুৎস্নু মোৎলে।
ঙসি ফাওবা কা অমত্ত ফংবা ঙমদ্রি (ফনা ঙাইজরবনি)
—কদায়দগী সঙ্গম্নু লৈত, শেলম্নু য়াওদনা...?
হিদাক-লৈদ্রেদা, ঙরাং লোয়খ্রে!
—উচি ময়ামবু প্পান্নবা ওমবো নত্তে। (মচাস্নু, অচৌবম্নু)

অচৌবনা তৌবদি চেক-মোক লাওদে; মচাদ্রি রাথোক ! মীচৈ !
—মখুৎদা লৈবনি, মকু-শী
চাক মনমম্লিদ্রি ? য়েংশাং মহিয়রক্না .....
—ও ! অনাবগী অচম্বা চাকনে, ..... (মহাও য়াওদবা)
সিবু লৈবাক অমগী, ... (পম্লিংদে) । (হোস্পিটাল)
—লৈবাক চংহুনা শেমবনি, মসি থোক্কবা । (চথ-মাঈৈ লোয়না)
শীজিন্নবা হৈদ্রি, হুন্দোকফম থজ্রি— ।
অম্বুক লুবা লাইনা, য়েংবা ঙমদ্রিক্কাওবা—অরেম্বনি ।

( ২৯ )

চীংনু সনা চীংমায়দা,
সনাগী লফু থারম্বা. (নহাল নোংমা)
স্বর্গদগী, তাঙল-লফু পুথরকলম্বা
অঙম্বা করম্মা কাউগনি ?
অয়ুক য়েন্দা মাঙদা
চীংমায় থুংনা শাৎলকনি
সনা-গী থম্বাল অচৌবা
মপু সনা চরন্দ কৎলগে । (পেন্দনা)
অচম্বা লফু নত্তে, অচম্বা
শর্গগী ধার -নি; ( লাইরৈবাকী )
মালেমদা অতাওবা
সনা লফু—ঈগী লফু । (প্রজাগী মরল)

মত্থ হৌবা শরেপ, ফারগা
লাউবা কনবা লাকলগা,
নীকলরগে লায়র থরায়না
ঙমদে লাক্তে খন্নগনু। অকনবা লাম্মীনি! (প্রজা)
চীংমায়দা, অহিং মুংখিল খায়দনা
নোংজু মুংশা, অইং-অশালক্ত
তেংথারি লাইরেম্বী মহাক্তি—(মহৌশাগী)
মাঙলে, পারী! মাঙলে, ইমোম!
—কদায় কদায়, সনা লফোই
কদায়, কদায়, সনা লফু
খঙদে লাক্তে চেনকরোই
ঈগী লম্মন? ঈগী লম্মন?

( ৩০ )

তরাদংনে! ময়ামদি কুন য়োন্নবনে! [নোকফেৎনবীনা]
—কদায়? তরা মঙাসি ...। [তুংদগী অমনা]
চপ লেপ, ঙক্কা ঙক্কা ফংহৌদে। [খল্লিবৈ]
অপঙবা—অঙাওবা তাহৌই;
মতম খঙদে; মুপা মান্দেদা।
মী ওইরোই; মতম মাঙজবা নত্তুনা। (মুক্রম মুক্রম]
"কলা বাজার ক্রাইমনি; অয়োনবা অরৈবা অনীমক মরাল কৈ
—কাউন্টরদগী লৌবিয়ু। ! (ফজে)

রাহৈনি, অরেম্বা রানি — ?
রেক ! রেক ! — কয়ানো ?—লৈরিব্রা ? [তাম্নৈ]
—পুলিস ! কম্মান্দো কাওবু ... !
লাকচসনু লাকচনিংবা !—? ? (থোশাদে)
মখোয় অমত্তনি; নথম্তনি তোঙাল্লিবা ।
(তুংদগী) কুন্দংনে. হৌখিগদোরে । (অমুক নোকশিল্লরি)
প্রেক ! প্রেক লাউবী চাম্মচুৎপী ! (শৎতোকললকই নহা)
ও ! হন্দকসু উপায় লৈহৌদে
লকু য়েকপী মমাঙদা । (কুন, তারাচৎপী) (ইজ্জৎ ?)
—অমত্তনা ওম্বা করবার নত্তে.
মরোল কয়া নাইরিবনি;
হেক্ত শান্নবা ওম্বা নত্তে ।
মিহুন লৈতাদে, নে তাদ্দেদা ? (হুম্মাং তাবুদি তাদে)
কুম্মৈ, মুমিৎ মথা পোনবা করবারনি ।

( ৩১ )

বোক ! বোক ! (কায়রেদনা)
মমলে; মমলেদনা ! (অমম্বনা হৈনৈ ?)
—ইরল নত্তে, সরকারগীনি । (খনবা হৈদা )
নথুৎ চুমই, লম্বা লৈরকলোই । (ভাই )
আই ! — শ্রেং ! শ্রেং !...! (থোওনাও)!

সাবাস! ক্রুসলী মনাও। (কেরেদনা)
—অঙাংমি, খঙজব্রিবনি;
চাউজবতনি, পঙলিবনি।
কোক পাল্লি, শীজিম্রব্রি—করি উনি?
—তম্বীরক্তবনরা? ...?
য়ারয়োই তম্বীরবস্থু, ঈদা য়াঁওরকলবনি। (মপা মপুগী?)
অচুকি—? খুগায়জসমু, থুগায়জসমু
ভাব তারক্রি ফাওবা...।—?
—অমা ভাইবদা, অনী মাঙলবা। (পোৎ, মতম)
কৈদোঙৈ য়োগনি কাচীন কোম্লা?
—হে! মশাগীদি থুগায়ব্রিনে!
য়ানি, শোয়রকপমক্তি নত্তে
মকোকসিন খজিং লৈথোকপা ভঙায়ফদে?

( ৩২ )

যজৈদা, লৈকায়সিদ য়াওদে
লৈবাকসিদসু অহুমগুরমগত্রা? বজাই, বেগুন/জীপ.ক্কার পরেংপরেং
সনানিদনা, সনা! সনা!
লাইবকফবী, নরাইবকসিদি। (মন্নম পোংজৈ)
শামুদং মঙায়রে। (তরেৎ তরেৎ থুজিং ওই)
—অন চঙলকপা মাঙবা তারে অমা
অনী পুনবা ভম্বদে। (শেল, মুংশিন্নবা)

ও! চীংখায়রকলে ইমুং অনী থোক্লা
সনা লোমদা লেপখ্রে। (মনেম)
– থুংলরে মপানগী লাইবক
মমুংগী পূন্সী লোয়শিল্লকলে ?
যোমি! যোমি!
কদায় ? খম্ব-খোইবীগী মুংশিবা
কল্লকই, কল্লকইদা মতমদো! (মুংশি মমল নাইরম্বা)
—মুংশিবস্তু লপ্লোনলে ওসিদি
অপাম্বস্তু করবার তৌম্নরকলে। (লেলমুংশি ?)
হো! লায়রবা থম্মোয়দা নোংলৈ-মুংশিং;
ব্রজ তারে, কোকথক্ত
—পুম্নমক সনা নত্তে, সনা নত্তে;
সনাতনা মুংঙাইবা ফংদে, ফংদে ?
য়েংউ! পেন্না পেন্না নোকলিসে
লায়রবা খাঙপোকমুংদস্তু মুংশি থম্মোয়শিংনা [দলান্দদি নোকন্দে]

( ৬৩ )

লোয়না থৌহোরগে খল্লেদনা
ওহ্নোক্লা য়ামখ্রে। (মন্ত্রী গাড়ী ?)
—মুংঙাইজসম্নু ঈরলনি
মরলদি নত্তনা, অসুক থৌনিংলবদৌবো।

কৈথেল কাই
স্কুল চৎলি; পিক্নিক চৎলি—ন্না,ন্না !
—লুহোংবা য়াওই;
মণ্ডানি চাকচাই, লেপতে।
সোরাৎ চৎলি—যজ্ঞ য়াওই। (ভমজ্রা ?)
—ব্রাকৎফমস্থু মখোয়নি (করি তৌরুনি ?)
ব্রায়েনবস্থু মখোয়নি
অশীনবস্থু অমত্তনি—করি উপায় ?
খৌদাগনবী কেথবীসী খুদোনবীদা
পান্নগনবা ভমথং খনবাগী থৌশিন্দা
করন্না পোখাগদগে অথোবা ? ফরনি ?
—থাও য়াওদ্রে, সনা ইবেম্মা !
পোকথায়রে, পাবুং। (নীঙাই নি)
? তম্বা ভম্বা নত্তে, খপহৌজ্জরদি। (হৌ-হৌ !)
ও ! তৎলনি লৈবাক, তৎলনি
খোঙ লৈবাক তানিংদ্রে, থাংহননিংলে। (মুপী অঙাং !)
—(শাওনিংই) ভস্তা, চৎখিনিকো ! লোয়দনা ?

( ৩৪ )

হৈমা ! মিঠাই, অচোয়বা ? (মুপী অঙাংদা)
চুরুপ লৈবদ, মৈথেৎ নত্ত্রগা মচৈ...। (বাবুদা)

—হৈরেদা ! পান দুকান !
করবারনিনা, তাং মচানি নত্রগদি…।
—অমা য়োনবদা অনী শিংলবা;
অতুগী ফাজিলহৌবতু অমুক কারবার (অচোয়বা য়োনবা)
অঙকপা থীওরি—ফজনা পুথোকইদা ! ফজ্জে !
হোল য়ৌরেনে ! …(কাউন্টরদা)
—মিঠাই হল্লকইনে ! নওগীদি !
নরাইবক কৈ, করিসু হল্লকুবনা য়ামই।
ও ! ঈশিং মরীক মরীক্কা, মহাসাগর ওই। (খওইদনা)
—অরৈবা ধর্ম—লৈ; পুকচেল চাউই
অয়েংবা কায়দে; য়াম্না তপই।
কুইনা অতুম ফবীয়ু, মঙ্গল ওইবীয়ু ! (নীজনিংই)
ইমাই ! পোৎলক য়ৌরেদনা !
মরোই—মোরোক হাপ্পা…? (ফজনা হৈ)
—মথাসি—অনীগী—মঙাগী—তারাগী কুনগী ? ?
চপ মান্নরে হন্নু-হনা লৈবাকসিগী
শান্নরে অচোয়বা, অনী তোংনবা।

( ৩৫ )

থকলি খঙনা খঙনা ?
—শান্তি থিরিবনি, ঙাইহাক পুন্সী তেকখৎহনলিবনি।
মৈশা কয়া থাঙলিবনি ? (মুপী, অঙাং, ইমুংগী)

পূন্সী মমল :— পোকওমদ্রবা মপোক, ব্রহ্মামরু ?
—পামদ্রে হিংবা, শিবা পামলে।
ওম্না শিবা, থেঙনা শিবা -থেম্নব্রা ? (কাম্নদে)
—কদায়, ঐগী—ইফম; ফিদা ? (সজাজদা ?)
তানিংদে, য়েংনিংদে, তুরুচৈ।
নোংমগী চারাদংগী, অহেনবগী নত্তে,
মেচিন শারুরবনি—মমলিঙৈদগী—কদায়, হৈরকউ।
তু! হাওর-হাওরবা, ফজ-ফজরব';
মখল মচু, মওং কয়াগী—... ! (বাজারশিংদা)
বাবু ভায়াশিংগীনি, সাহেবশিংগী।
লায়রবা ঐগীদি অমম্বসিদ ! কাচিনসিদা !
—থকলগম্মু ফারি ! চৈরি !
ফুম্মু ফুরি ? —ফাইলম্মু !
—ননিং তৌজো—তৌজরো !
লৈবাক চংনা নৈররো ? ?
শেগায়য়ু মচেৎ মচেৎ; নেৎখায়য়ু চবেৎ-চবেৎ ! (সরকার থানা)
—নওগুম্বসিদি য়েন অম হাৎপগুম ... ।
হাৎলু, মেৎথৎলু—ঐখোয়বু করি কান্নবা ? (শাগুম্বনি)
অজুবু লাউগনি—য়ু নত্তে ! য়ু নত্তে, লানজিবা !
—ওইজবা থিরিবা, নহাকনি।
শীজিন্নরিবা নত্তে, অতোংবা থিরিবা নওনি ! (ঐগী পূন্সিবু নৈহ্না)

—:—

( ৩৬ )

বাঁশীগী খোঞ্জেল, মুর
তারুমু, তারুরগা পাপ-চৈথেং ! [ ফংজনি ]
চঁক্লবা মফম, অহাংবা মতমদা
তপ্পা-তপ্পা নৈরকনি, খাঙবা রাগনি।
তারুমু বাঁশীগী-মুর, রাজনীংদবা ?
কৌরিবনি, মনাক্ত
ঙমজবা মুরদা খোংলকলিবসি
অচৌকপা শুমহৎ থাবল-তোব্বান্দ
হম্ন-হম্না, ফান্নবনি, পুন্নবনি।
অচম্বা বাঁশী-খোংবা ওইরমলোই ?
খোম্থাংমু য়েরকলি নাংপোমদ ;
মহৌশানমু তেংবাংলকলি।
তূম্বা য়াত্রে ; লৈফম থঙত্রে—
থম্মোয়দা রাহং-মত্তা ঙাইরে।
মফমত্তুদা থিরুবা তারবরা ?
কবিগী লেপলি তুম্মিন ?
লাউনিংলিবত্থু—লাউররো ( তোয়না —)
মুংশিবা খোঞ্জেলদা—তপ্পা, মেংনা—
তাজনি মুর অমতং ওইরবমু।
মত্থুনা ওৎচনি হম্ন হম্না।

হো, মুংশিবা ! মুংশিবী !
থোরকলো, শেম-শারো !
হৌরসি ?—শক্তি – প্রজা শক্তি !
শান্নসি মুংশি লমদমসিদা।
থৌরী-তৎলক্কনি ! রাথোক ওইননি !

( ৩৭ )

লেপ্তুনা করি, খল্লি ? ( অপাম্বা থিরকপা ! )
চঙলকউ ইনাক্তা, শেম শারে।
মুংশিবা—খিবা ফংলোই সিদদি
মরুপী; মৈশা-ভাইহাক্তুং কোক্ৰবনি;
কয়ানা তিনশিংনরবা পূন্সিনি।
কনাম্বু ?
—কনা চোংথোকপিরক্কনি ঐগীদমক
ওনশিন ওনশিন চাবা, মাঙহনবা ;
হন্ন হন্না খোৎনেৎন্নবা নত্তনা !
কপচ-লাউজবা নত্তনা করি উপাই ?
পুন্নমক শদোং পান্নবা হিংচাবমক্তনি।
ও ! সমাজ নঙ লৈরি—
অশোনবদ থিবা ; অতোনবদ নৈহৎপা।
মাঙদ্রি, হোংদ্রি করিস্থু ? ( মতৌদনি )
কদাই; মুংশি—অপাম মুংশি ?

চীলোক্লনিংদবা ঋমানো
ঙৗব ওইনা পোকলগা
অহুবু অপাম্বা কনাঙু য়েংদে,। ( হঙোয়নয়বা )
কল্লকই—ইচা ইশুগা শাল্লমিল্লবা
ইশাবী কনাগা কেল্লজবা!
অহুবু আশাগী ময়োল চোংথৎলকপদা
মুংশি থঙদবা অমনা হেক্তা থদৎ'ল।
—নত্তে, হিংগদবা লমদম অহু
অবানববু চুমথোকপিনবা ৈলত্রবা সমাজসিদা!
লাও, চঙলকউ, অপাম্বা পীগে
পূক্সিসিদং খাণ্ডনা লেল্লগে—সে!

(৩৮)

ব্লাং চাউববী-হুব্লাইত ব্লিভোলুসনবী
পাঞ্জাব ঘোরা, শেল্লোইবী—ফনা ফনিদা?
অহল ওইরপ... .....( আশা শামইদা )
লমশাং লাকপননি—লনলৈমা চংলকুবনি।
—য়ৌরকলত্রা, শিলং কাওশিং—শঙ্গোমবী?
লম্বী-লমথাংনা শাংবনে
লাইওংনা খণ্ডবনে; পাম্বা কৈনা কনবনে;
জঙ্গলনা শোংবনে......... |
—থর য়োরকইবসি লাইবক ফরবনি? ( থরদং )

মীমাগুদা-তুমিন লৈয়ু—শরুক থুংলকপা য়াই ?
—অস ! চীংদা মান্দা-লোয়রেদন!
অরোইবনা য়ামলিবা ; পোংনা লৈত্রিবা——
কমন অমা… ? (থমলেদনা)
লংথুম চাবী লৈরেদনা——?
মুপী চাওরা ? লংথুম চাওরা ?
—ও ! লংথুম চাও ! (তস !)
শঙ্গোন থল্লে, অফিসার-ষণমাবা !
—খঙদবা মঙোন্দা হান্না পীহৈদে
…চায়েং তৌখিবনি মাঙদনবা ? (অখঙবনা, অহৈবনা)
হৈদা : হিংগনি যুগসিদা ; লেম্না মাঙলোই। (লৌনবতনি)
—অংঙৌবা লালহৌ খুংহৌ, অমুবলোমদা হাইথ্রেদনা ?

(৩৯)

কিঙৌ ফৌরে
তাংবে মচা মখে—তাওরে মপীশিং ?
—হাওরনি ?—ফংলনি ?
কয়া লায়না—কৌতা মচা অমনা…… | (যুগসিদি ব্রাম্রে)
মুনিং কয়ানিমু কল্লে,
মী কয়ামু ওম্লে ইথস্তা (মতম, মী চংদ্রে)
—হাংলে ! হাংলে !
হিংচাবশিংগী মায়া লাংদা নাম্থোকক্ম লৈত্রে ?

কনানবু তাবিগদগে অচাপোৎকী ৱাকং ?
করিনো নশাগী খুৎল্যায় ?
—খুদক্তা পাল্লমলবদি—জ্ঞান তারমগনি ?
ইশাম্ব উরমগনি
খুৎলায়স্ব খওলমগনি।
ঙাগা কৌতাগা শিল্লবত নত্তে—থল্লায়স্ব য়াওয়ে।
লোক, তুরেল, পাৎ, পৃথ্বী
তপ্পা তপ্পা পায়খৎলকলি-তু পীথকনি।
তাংজম্নবগী—পুন্সিদা
মথস্তবু—উজরবা
তোংনিংবগী নিশাদা; চানিংবগী মিচৌবদা। (হাৎলিবা)
ঙা শিবা অর্থ লৈতে
মী শিবা,—মুংঙাইতে? (লৈহননিংই)?

(৪১)

সরকারগী বোরাসি...৪...? (ময়াং কংইদা?)
ওনবা হৌনদে, সরকারর থাজদবা মাল্লি।
—মমলস্ত হোংবা—অরুম্নস্ম হাইহন্দবা
করম্না হিংগনি গুদাম?
চেং, চীনি, লৌচৌগেন্না? মমল তাংজনি।
দুকান চৎলে; সপ্লাই হারৈ।
কদোমগী......? কয়াম.. ...?

উখ্রুল !—তমেংলোং !—থানলোন !
চীংমুংদি শেল ওইনা চারে ? (প্রাজা) খণ্ডত্রি ?
—অশুপ্পা—অনীনা শিম্নবনি। (এম,এল,এ/এজেন্ট)
শক্তি ফনা য়ামই—খুন্দু মী য়ামখ্রপোংনিনা ?
—রেলফিয়ারনি চীংগী ; ঈ পাও সব ঐখোয়না......!
চীং শাম্নরিবনি, ফজনা।
আই ! চীং লোয়না খোয়কলত্রা ? (খণ্ডহ্না)
—অকাস বীল ? —অকাস লোন ?.. অকাস গ্রান্ট ?
মীদি হঞ্জিন হঞ্জিন...... !
—চীং—অব্রাংপা লৈতে !
চেংগী মহুত্তা পাল, মাইরেন,-উশোয়
চীঙ্গি-থক্তে—চা থকপো নত্তে—
ঈশিং-লোক্তা ; মৈ,—শীংনা ?
—ও : চীং শাম্নবিরিবা ওইরেকো !

(৪১)

কৌরেল মচং চাকলা [লেঙ লেঙ চংলয়া]
ভাত্তোন অতেকপা মশ্লেলরা (খুৎচুরবা)
নিংথম মুংশা শুম্মাঙদরা ?
অত্তো, খুবী-চীকথায়রে
তিন্দুম য়োংলি ! অহম ! (অহলশিং.)
রাইথোদা ফাবা ভাত্তোনলা

থরুংদা চত্তবা খাবকপা
( লম্মাংদোং ) চরোইমুংশী য়োংচাকলা ?   ( শিংজু মহাও )
ঈশিং মুংশিংনা হেনবরা ?
অত্থুবু ওসিদি পুংজাগী লেগুনা
থোমজিল্লকলে লাম্নীশিং ;
পৈশিন্দ্রমি য়াক্তে লানবলদা
কুমজা-কুমওন, থুংল্লবা।   ( হাওবকম্ )
ঈপাম ( ঈপামদমম্ ) শকথওক্রিত্তৈ
অশংবা লানহৌ থুংলরে
মুকসননা চুমলকলে ফিরাল মমায়
অয়াম্বদা, অচৌবদা পাম্নরকলে।
--চেনথ্রে ককচেং ফৌ, মোইরাং ফৌ তময়াদা ;
লোংথ্রে খাবক ভাতোন।
'মহাওস্ লোংথ্রে, মচিমল্লমদা ;
মগুণস্ মাঙশিল্লকলে নোংম নোং।
অত্থুবু নিংবা কায়রনি লানসে ?
ওম্ফোকপনি, টেবলদা লৌউরে ( কুমনিংদবশিং )
লৌউদবনা লৌ-উবা তম্বীরে
ইংখোল কোইদবনা য়েঙ্গাং থারে
অউবনা ফংদরে
অথাবনা নৈদরে
অয়েনবনা লে য়শিনথ্রে।   [ অয়েনবশিং ]

হো ! হোসপিটাল য়ৌম্নরে, থীবোংজাউ
থাম্নববু চাবরা ? ( খওম্নমদে, পামগল্লি )
পামগল্লি অহোংবা ।
ফোং, ফোং, ইফোং ফোং
লৈবাক মাওদা ইথোক থোক
মরূ—য়েনবা পুংয়ৈ, অচাবনা চোলোন তৌ—ফজরে !
হাই ! হাই ! ঈশিং পম্পদি
পাৎদা তারে, ঙাফাবা ;
থুল্লক্তা তারে, চেংতকপা ।
ঙাওরে রিভোলুসন,
লৈবাকসু ঙাওরে ।

( ৪২ )

তূ !, আ, মাওদা উরিবা থুনসিনি । ? ?
নখোয় কাওবুনি; ফনা য়াম্নকলে ... ... ।
—করবারসিসু ফজনা ওইজে
খরদংনি চেকদা থাইরম্ব ।
মালগী ভারা মথক্তু ——
মঙা তরুক হাপলকপগী শেল ( পুশিল্লকপগী )
—তোংলে ! দবল্লা ? ত্রিপল ?
উম ! অথৌবা পেল্লে, মুংঙাইরে । ( ফংলে )
—তোংবা হায়বসি—ইশানা য়ানিংনা কাম্নবদ্রুনি ?

অম্বীদা তাবা মনি
থুনবা হৈজ্রবা মী-ওইরোই ;
কক্সী মমায় ওনশিল্লকলগা
শান্নবা হৈজত্রবদি লাইরজনি।
তপ্পা-মেপ্পা খত্রগদবনি ?
নিশা-অমনি—লেম্না-হন্নকনিংত্রে। (পুশিন্নবা)
ধর্ম-লৈবা, মীবু কনবীবা
পুথোক-পুশিন্দ উত্রেদনা—? (লৈবাক্কী)
—নহাক্কী থৌদাং ভুস্মিদি তোংলি
হয়েং নোংমদি, থম্মোয় লাইনা,। (পূন্সি তেলহল্লনি)
নডননি—উমঙ রামঙ শান্দোকহল্লিবা
অশোঙবদা য়োম্থোকলিবা—লনস্থ, লমস্থ ?
শামু ময়াগা টিনগা শিন্নবা, মুংঙাইরে ?? (শুনিংদনা)

(৪৩)

উপু মচাগী হুকান—পান হুকান
কাচিন-কোয়াদা, চিথেক্ত, মজায়দা
অমা-অনী—অহুম......।
মিঠা মনা জর্দা, সাত—খৈনী—।
মমল য়াম্নবা, অহুম হাওরে ;
কোম অহোংবা—অহলগীনি। (যুগগী নুক্তে) (নুহাগী নুক্তে)
চাওথংলেদা নহাশিংসে !...? ?

—উপকারনি।

থবক ফঙদবা মরুপ মপাং চারিবা
মী শেম্বা থবকনি ঐখোয়গীসি—
সোসিয়েলইজমদনি তৌরিবসি ?।
খঙই ! খঙই ! —জর্দা চাবা ফত্তে ; কেন্সর পকই।
—অহুবু ঐখোয়দি পীজনিংই—য়োননিংই,
হিংদবা য়াদে। ( মী খঙদে )
পামজবা থোরকও
চাউখৎপা মুংঙাইবা হেল্লনি। ( ফংনিংই )
—চাদবসু মশি ; অচাবসু মশি
মরাইবক্কীনি :—চাবা ঙাক্তনা...... । ( খোমই )
লেংশিনবীরকউ, অপাম্বা-পাউ ?
অরোন-অথুপকী, অমম্বগী...কয়া......
খঙবিবা য়ানি। ( ঙমই ! )
ও ! সেন্টর ?—অচৌবা সেন্টর ( পালো )
পীকচবদনি, লোয়না মরি শমন্নিবনি।
—ফম্বা হৈত্রবনি, তুরিপোৎনি
কল্লকমীহৌদনগা তৌরু য়াবা নত্তে !—

(৪৪)

তংলি মতং, মতং
কায় মচেং, মচেং
অমত্ত কুইদে। ( কংগ্রেস/এম,পি,সি/জনতা- )

—কুম চফুদা-ভোইনা লুপ্লেম্দা! (তারিত্রা?)
টিকেট ফংত্রে, কংগ্রেস—এম,পি,পি,
ফম ফংত্রে, এম,পি,পি—কংগ্রেস
অত্তুদগী কায়রে—জনতা……।
নশাদি হোংদে; নমিংদি ওয়ে
নগুনদি হোংদে; পার্টিদি-শুরে।
যুম্বান চাদবী, লোয়রে?
—মীনমলগা শিবম্ব নত্তে,
ডাকু তৌদবা য়াদে। [ওইজবা ফংনবা]
[ ১৮ রাংলি ] রাংলি।,
শেত্রেংনা ফায়, পঙদি পঙদবা (শেল পাম্বদা)
ভাবোক য়াওনা ফানৈ, ফানম। (শেলগীনি?)
অঙকপনি! মিংশেন মাঙদা লেপ্লগা-
মশাবু উজবা ঙমত্রমাল্লে।
নত্রগা শেলনা, ভাওরবা জাংলা? (অচোপ-অরেম খঙদবা)
—মীরা? শারা?—করিনো?
শামরক-ভামরক—জীব অমা?—ভাজো!
?—কুপথরক্লবদি—ঐখোয় য়াররোই? য়াররোই।
প্যার্টি নত্তে পামলিবা; অফবা—মীওম্বা মহাকনি। (লৈত্রাও?)

(৪৫)

খঙত্রিবা পোৎ, মমল য়াম্লবম্ব পাম্লদে
—শামু ময়াগা ট্রিনগা শিনবা

আগয়গা ছিদাক মনাগা ওম্নবা—অঙকপা নত্রে ?
ও! উত্রে ? চীমুং মমুংদা খোমলিবা
হোললিবা, অহিং-মুংথিল নাইদনা
অখঙবা, অউবা তাইবঙ।
মপাল থোক্তবা, করি উগনি
নথন্ত নত্তনা— নখন্তগী নত্তনা ?
ইথন্তগী খঙ্গরবা, অরাবগী মশকনি—( পীকমনবনা )
য়ুমগী য়েংলক্লবা, খর চাউরে, থম্মোয় ;
মীয়ামগী খল্লক্লবা, ফনা রাংলবনি।
—অমত্তং ওইরবসু তানবা লাউরমউ। (কান্নে ?)
"নপোৎ নচৈ লোইশিল্ল;
ইখোল চেৎনা থিংউ—শা কৈ লাকনি" ( অহলরা ) ? ?
—ফনা মাঙবা তাই
ইরল কোন্নগা, গ্যান তারকনি ?
—অহল মনাক ফমউ; অউবগা রারী শাও
পূন্দী মহৈ য়ানগনি। — ? ?
কারগী—য়েংদ্রি—নহাক্কী অকোয়বা
খঙদ্রিদে—শীন্নবা, মীঙোন্দা
ওইজনি লাইমন, হয়েং নোংম।
—চুমশো, মীঙোন্দা পায়হন্নবা, সুক পঙবা লৈরিগদ্রা ?



উন্নরম্নব্রা ? উন্নরম্নব্রা ?
—সার, উন্নজরমলে। — ? ?

ও! হেনবগী, রাংপগী—টেম্ব—শেলথেঙ।
মখাল খোক্লা থৌবগী, খোংদবগী—চেচাংগী? (মহু নত্তে!)
—হৈনা, খুং শোক্লে, (মচিদা/মরুমদা)
খঙপোং নত্তে, মতৌদা উবনি। (হৈব্রে?)
—অঙানবদা তোবা থবকপু করিগী খঙলোই?
হৈদা! ওমইদা মুতিগী। ফনা কারিনি!
সরক্তা—লু-থ্ম্বা, কাইমল্লি। (লৌনিংমনবা?)
উবা ফংলকপরা মপান্দা (খা-রোমদা?)
খুংশোক্লবা—শেলমাবা—লূদবা?
—চাইরে এলাওয়েন্স খুংশোক্লবগী অশুমন?
ময়াম হাংকগদৌরিব্রা থৌওংতু—
অঙম অঙম্বা মুম্ববা, লৌম্ববা?
—অস? য়াওব্রে অমা চংপীসিদং! (লক্লবা)
খুংলৌ লাকলৌ হেনমল্লি—
চোপমন লাকমনলি, মমায়স্তু পান্দবা?
কবম্মা থাজগনি?
ঐখোয়বু ঙাকলিবনি, থাজদে। কিজৈ।
......হয়েং ওনশিল্লক্তনে। (খুদোং চাবদা)
শু! য়েংঊ; য়েংলিজৈ
মখোয়দি য়ুনিফোর্মদা হৌরে, য়োংকদৌরে?

:-:

( ৪৭ )

কলেজ অহুমগী ছাত্রনি
কাবনা অমদা, থাগৎদবনা অনীগী মরক্ত।
—কনানবু হায়রবীগনি. প্রতম্বসিদা
উই, থুং থাবা ঙমদে ? উশিন্নদবা রাথোক্তে।
ও ! তুংগী য়ুম্বীশিং...... ! (করম্না ?)
--সমাজ ঙাওরগদবা য়ুম্বী—তুরগদবা অহোবা ?
খঙলগা লোইরে; কান্নদে চীক্না রানবনি.
শিনগনি মন্নুংদা, লোগনি মপান্দগী মতেং।
—হঙ্গিন হঙ্গিন থাগনি, অপাম্বা মার্ক ফংত্রিকাও—
অরাংবা মার্কদা শান্নরিভৈ ( সরকারনা অহোবদা)
শান্নহৌদবা য়াদে ফজনা ?
—উজ্জারমেলা ? হেমন্না ?
য়েংলগা তোকই; পান্নবা মঙায়
কোমলে ঙম্না; থাদোকলে, ইথা-থাদোক।
—মাল্লি—লাউই, ফাই। (মমাঙদা কদর !)
ইহে, অশোনবা কীগনবা, তাম্বোকপীরে
সঙ্গসু লৈজত্রবা ? মতমসি হৈত্রবদি রাজবা ...... ?
—করিনো অরানবা মরকসিদা, অচুম্বা
থৌনা, পাঙ্গল, লৌশিং— ঙাওবা তারবরা ?
অচুবু—হুরান্নবা, নরিল—য়ারকলোই য়ারকলোই ? (প্রজানা)

(৪৮)

উইরুম উইরুম মুম্বুরকই
মুংঙাঈরকই—সংসার অহল্লা—ঙাউরকই
অপাম্বম্ন লৈতবা; মিহৌবম্ন পোক্তবা
ইমুন্দা মুম্ববা লমদম—উংথপুংদা।
—নাংঙ্গোকখিনি, লোয়না য়োংশিল্লু। শাম্মুক্ত।
তাঙখুপোংনি—য়োংশিল্লু। (মৈখু)।
মহাদেব! নঙনা শাম্মরম্বা, নতুং ইল্লরমি।
—লোম্না থক্লগা হেলনি, খোইনা খোইনত্রুম
থিংলগা হেন্না কাপনীংই, হে অনৌবী।
(মুপামচা ওইনা) পোক্লগবু, য়েংউনে অম্নুক্তং!
চিংউনে, অশিবা শাম্নসি?—
—নীংতম্বা ফংলে, কয়াদা, মুংঙাইরবা!—মহৈ য়াল্লে
খোইদা চীনি পীক্কবা
করম্বা মীনো? করি থৌরাংনো? (নহাক্কী)
—চোংশিনবিম্ন অপাম মৈরানবী শা
মৈরী—লক্ত—মঙালদা ঙাওজগনবা। ? ?
ও! অত্নুঙৈ চীনাগী—(ওপিয়ম) কানিগী স্নান
অত্নুমকলা নত্রগা ললোনবরা?
অয়োনবনা ময়ায়দা চেল্লি
অফাবনা মমাঙদা তাম্নৈ
অচাবনা তুংদা ইম্নরি।— ? ?

—শেল লৈরমদ্রেং সনা মাওগ্রে !
হৌজিক্তা থমলম্বনি, করিনোনে... ? ?
য়ৌরকলে ! য়ৌরকলে—মখোয় খুন,
ঐখোয় য়ৌরক্তবা—
ঐখোয় খুন লাল্লকলে
লৈকাই শোকলক্তবা;
লৈকাই য়ৌরকলে—ইমুং য়ৌরক্লবা;
ইমুং য়ৌরকলে—ইশাদং...... !

( ৪৯ )

সাহেবখোয় ওইরে।
—মখোয়শিংস্থু.. সাহেবগী...... ।
উরেদনা ( উৎপা ) ? ইম্মাই ! (মরুচৎপী )
নখোয়স্থু থর য়েংহৌনা ! কান্নদবনি। [চোকশিল্লুরা]
ও ! মপুন ! মপুন ! —লৌ লেপ্লবা
জীপ কার—মথোল, মথোল দলান—। (শান্নব )
—সার, ফনবা হোৎনজরগে।
মখোয়না হৌবদি য়ারগা
ঐখোয়না তৌবদি করিগী য়ারোই ?
কদায়—পুথোরকউ ! (মচাদগী)
জেলদা ! জেলদা !
—নত্তে, অদোমবু সাহেব উন্নবীগেরা ? নত্ত্রগা......?

খর পীনিংবহু, কদায়
শমজিনখ্রসি, কাম্নদে।
ফারুবা য়াদে—, বাবুমক্তনি
অচৌ ভাক্তনি
লল্যোনবম্ভ, অপুবম্ভ—সাহেবমক্তা ?
—উন্নব্রা ? — উন্নজরে !
সিমুক কোম্বা লৈবরা
সিমুক তোংবা লৈগম্রা ? কৈনেছে !
ও ! অহানবনি, মকোকনি ভারতগী ! (ইকাইবিদে)
—ফজৈ ভ্রগগী জেল—হোসপিটাল—
থবকদি ফওহনলে, কাম্নৈ।
থকউ, থকনীংবা থকউ
দেশ সেবানি, শিবা চংবদা। (নখোয়)
শান্নবীয়ু, অশিবা শান্নবীয়ু—? ? ? (শান্নহল্লগা খওজরকনি)

(৫০)

খৌরাংনা ভাইজবা মুমিংছু ভসিনি
নিংভোল মুমিং নিংভোল চাক্লৌবা
কায়ননিংদনা কায়রবস্থ মিংকুপ অমতংদি
লেপপিখো, মিংলুগী পিরাং।
চাক নত্তে কৌরিবা
কৌজবনি মুংশিবা; মুংশিবা পীবনি

ওসি উনবগী মহাও থম্মোয়সে নৌরকইবা ?
—য়েন্দায়স্থ থম্রে, ময়োম ময়োম
থম্মোয়স্থ পারে, উম্নবগী পুংজাসিদা।
ইফদ-ফজরে; ইনৌদ নৌজরে।
—শিস্থরকই খরায় থোঙ্গাল কানশিনবদা
থিংওমত্রবা পিরাং...পিরাং।
করিগী খওদে।
—খোঞ্জেল তাবদা পুওমন্ত্রে (লাকপগী)
লাপ্পরবা পলৈম-পম্থোগী থম্মোয়
অত্থৈও ওইম্নজরম্বা মবুং মপ্‌ব্রা (ব্রাভাওবা ওমন্ত্রে)।
লায়র ইনাক থুনবা মাওত্রে
মুংশি ফিজংনা কুপত্রে
মফম, মফম খুদিংদা।
—চাফমস্থ খওত্রে; থকফমস্থ
ব্রারিস্থ লোইবা ওমত্রে
মুংশিবা ঈহৌ হায়দু অসিরা ?
শেল, সনা লুপাগী তাঙ্গাদনি (খজু)
হাপলিবসি খুদোল নত্তে, (অকে-অমৌগী) অচম্বা
উৎনবা নত্তে মীমাওদা
মুংদা পীবনি, মুংশিব';
থম্মোয়গী খুদোলনি মমল নাইত্রবা
—তৎপা, মনবা ওমত্রবা,

চংখুবম্ব শঙ্গায় থুংনা লৈহৌরে (খোঙ্গুল তাহৌরে)
(পম্বৌ) ইংখোল চায়ঙ্গোইমুংদা শাথহৌরে। (মুংশিবা)
মনি, হিংবগী, পূন্সিগী
ভান্দুনা লৈহৌরনি, মুৎনাইদনা
মুংশিবা মালেমসি পাক্লকনি।
জয়, জয়!
নোংমদি পৃথিবী থুংনা
নিংভোলশিংনা নোকলরসন্নু।
—ভাইখো, নিংভোলবু থুগায়গন্নু (অভাওবা)
অপভবা মিৎকী মিহৌনবা খুদোলদা
লোৎশিল্লু, নিংভোলশিংগী মুংশিবা ঈচেল
ময়েং তাথিনি ইরাং নত্তে! (নথক্তগী নত্তে)

(৫১)

অতাউবা লৈকোন! (পৃথিবীনা) শকখভনখ্রবী)
চীংগা তমগা উন্নফম
পাৎকী লাইজ ঈথেংফম
হানৌনা পোপতেক লোনবা লম
মুংশি কনা মশুংলাংগীনো?
অতাওবনি মালেমদা
চীং-তম-লাইজ অহুম তিন্নফম
মহৌশা—না খুদোনবীবনি
খোয়রাংনফম য়েংনিংবা কয়াগী।

বসন্ত—ঋতুনসু নৌহনবনে
থম্মোয় হকচাংনা নিনবনে
পুনোম নোমলে ঈথোপুং
কেয়-নৌনবদা লাইজম্ম ঈথক হৌরে।
কনানবু খাওঙমগদগে ?
মহৌশা—না খুহুম চললিউ
লোয়া ফুমথকসিদা, নোম নোম
পাম্বা কৈরেন উদেদো
শাদানবা কনা থল্লুদে
স্বর্গ—দশী—হেনবনি : নোইনফম।
ও ! ওসিদি—লাংতক্লফম
লম্মৈবু-কিবনে ; শাদানববু মিপাইবনে
মিলন ইপাই পাইরে
সুংশিবসু লৈতাদরে
অয়াবনি, অয়াবা !
মীরমদমদা চংখিগদৌরব্রা—।
নপান লমদম থাদোক্লুনা—
হিংচাবশিংনা নৈবদা, খাওঙমদনা
সুংশি হৈবা কনাবু য়েংলকলব্রা ?
তথক তথক য়েংলিবা ?
তাজনিংদে, তাজনিংদে—
শাচাবদা, শায়োকফম শীম্নবা,

মহাওগী রাখলদা, ভাইহাকী রাখলদা
পুন্সী—মমল খঙদবা—রারী-শিং।
—ইকাই ইকাইজৈ—
শিংলেনগা পুন্সীগা অনীগী—মরক্ত
লৈন্নরিবা—মুংশিহৈন্দ্রবা মরি।

(৫২)

"ইন্দিরা-প্যাক"
মিংদি য়েংনিংলে।
—মুন্না য়েংলকউ, শকতমসে
কনা—কনা—উবগে?
করি করি মানবগে?
ইমোং মোংলবা—, মোংশোং
য়েংশিনবীত্রবা তিলকাওগী—শান্নকম।
—মিংদা পামজবা—মহাক্না
মতেংদা লুমজবা—কনানা
মোংহনবীরে শকতম, য়েংনিংত্রবা?
—ফজবদি পান্নগা—, ফজবদি য়েংনিংলগা
ফজহনবদি—হৈত্রিবনরা?
—থাদরকপা—মপৈন্নু—লৈকোনসিদা—
য়োরক্তনা—লমথাংদা থৈখ্রবরা?
মালিন্নু লাক্তে; মপুন্নু য়েংলম্রে।

—মশাস্থ-লৈত্ৰবনিনা—, থরায়ন্থ য়াওনিংত্রে।
অশাস্থ উরকত্রে লৈরমলবদি কজ্জনি ?
তাং খঙলে, শকতম অহুমস্থ উরে—
—মিংয়েং,নখুং, থৌনা-য়াওনা।
মক্লবা—মায়থোংদা—?
অহাওবা—থিগল্লবা, য়োনগল্লববু চিংনবা—
—কিজবা—...? ?

(৫৩)

হে! নীংশিং য়ুম্বীরেন!
থৈদা পুংগী অরোয়বা—
মুৎলরোই, মুৎলরোই—ইতিহাস!
অউবা অয়েংবশিংগী থম্মোয়দা-মীংশিংহল্লনি!
তীর্থনি, মুংশি তীর্থ,অশেংবা
—মরৈবাক নীংবগী, কথোকপগী
অহৌবদা শীরুবস্থ; পোল্লোইদা অথৌবা—
কুপখ্রে অমোৎপা; অচৌবা-থবক্লা।
ও! নমনা কংখ্রে, লৈবাক-লোৎনা
য়াথোক চাউবী কংলা শা—
থম্মোয় শেংত্রবা থুদোল। (পেনদে)
কদায়, নতস্বাকথক্ত, সনাগী ময়েক
অথৌবশিংগী মুৎলরোইদবা য়াহৈশিং

পাবদা - তুজুংলবা, থুক লাউবা ? ( নূংপাকথক্ত )
—ঋতু নাইত্রবা শিঙেল লৈরাং
মনম মুংশি মুংশিরবা, য়েংবদা
শুমহৎলবা লৈশিং, লমদমশিক্সী ?
লাকলমত্রবদি কুমজাগী, ১৩ আগষ্ট
ফৈদাপুং থরায় য়াওবমলোই, নিক্সমলোই
—মুংশি ঈশৈ শকলমলোই :—
মালিস্থ লৈতে ; মপুস্থ য়েংলদে।
অমম্বা—অথেওবা—অহিংদা.
পামদবা কয়াগী চাক্তক্ষম
পাপগী—থবক কয়ানা মাংহনশি ... .. ?
কংলা—শা অহুমনা—থায়াৎ শেৎনা
লাউরি, খোওলি য়ুম্বীথক্ত !
—শেংফাত্রবা—মমি-দি—
তাহুনা—লৈহৌবা-তারে—
কংলা-শা ? শক্তম ?
কলাগী—খুথোক্লা ? মহৌশাগী মরিরা ?
অহুবু নঙদি—মুংশি থোরকফমনি
থৌনাগী— 'মঙাল পীম্নফমনি
কথোকপগী-লম্বী-থিম্নফমনি।
হে, নীংশিং য়ুম্বীরেন !

(৫৪)

হৌবকলে ?
অমম্বা-থেঙলবা-অহিংসিদা
মেরা লাম্মী-শিং,খুৎলায় পাইদ্রব -
মায়কৈ পুম্বা-,–মপৈ,-মপৈ...
য়েক্লবা-কনাবু...থেংনগদৌরিবনো ?
অবি বা-লানহৌরা ?
—করি রাংলি, নরমদম
কবিদা শোললি নপামদম
যেৎকা ওইগা থাম্নদ্রবা—
অঙম অঙম পাঙনরবা ?
কদায়,হকচাংগী-অশোনবা—
থম্মোয়গী-পাঙদবা.-কিজগনবা—
খুৎলাই য়াঙদনা-লানহৌসিদা
করম্না তোল্লবী-হ য়সিগে ?
—লীচৈ থৌশাদ্রবা -
অহৎগী রাহৈ-তাদ্রবশিং
চেক মোক লাউখিদ্রে
শম্বল মখোঙদা লোৎম্নদ্রে। ( অঙকপা নৈরাশিং ? )
ও ; নমিৎনা উরমক্তদা
ভাব তাদ্রি—, উদ্রি অশোইবা ? ( লৈবাক মপু ? )
— নখোয়না-মোৎমল্লক্লবা —

লানজং লৈরে থোক্লোয়ন্নবা
মি য়ৌনদি ঙাইফদে! ( ঈহৌ )
চৌংলৈবাক পীকলবা লমদমসিদা
থম্বাল চামনিপানগুম থোংলবা থম্মোয়দা
কল্লবা-ব্রহ্মহস্র লোংলম্লরবোই ?
খুপী লাল! খুপী লাল!
কদায়দনো নাম্থোক্লদবা—
কদোমদনো চেনগদবা? ( লাকলবদি )

(৫৫)

হুন্দোকলবদি লমহাংদা—
লমহুই, লংজা— কাকনা
মচেৎ মচেৎ শেৎতুনা চাখিনি। পামজদে, পামজদে।
ঈশিংদা লংথরবস্থু
ঙাগী চীঙাক ওইথিনি, পামজদে।
করম্না য়েংসিগে, উচেক য়ায়ানা
কাইদোংবা, শরু-পোলাংদা ?
মহৌশাদদি তিন্দবদি য়াদ্রে
তিন্নবা শেম্বীরমলবনি মপোকসি।
—লৈন্নুংদা, মালেম লৈমগী তম্পাক্ত
পৎতুনা লৈহাওদা তিনখিবা।
মৈদা কৎলবস্থু
উৎ ওইনা তিনখিবা।

লমথুংদি অমত্তুনি।
পান্দমস্থ অঙ্কানি, মৎংতনি 'ঙৈন্নবা।
করম্না থিগনি অচুম্বা, অশেংবা
অফ-ফত্ত—লোয়শিন্নবা ?
ও! করি অমুক লৎনগনি
করি অমুক হায়রক্কনি; পোলাংনা ?
পীনিংবদা পীবদা
তৌনিংবদা তৌবদা।
রাজহৌবতনি, লৈহৌবতনা ?—অশিবগী রাইত!

( ৫৬ )

হো, পঙ্খৌ অপোকপা
হো, শর্মেম ইমা ইবেম্মা! (তৌরিগত্রা লাইরমলেন্দা)
—শি, শি—কপ্পা—তেংথাবা
অরোয়বা বীদায়গী—হৌমবীনি কায়নবগী—উম্বিগত্রা ?
—লাইরমলেন কদায়দনো
করম লৈরি থরায়শিং? ? ?
রাথল লমদম—হিংহৌবগী
অরা মৈরী কোক্লবা, শাগী মাপল কোক্লবা
মুংশাংহৌনবা—মন্ত্র ?
—মপুগী খুয়াদা ঙমজবা হৈ-কৈ থরদং
অথুম-অগাও দান তৌজবা, লৌবিয়ু। (থরায়শিংদা)
নঙ্তে, হিংলিতৈ থোশাহৌদে

পীজনিং পীজহৌদে
শেংহননিং শেংহনথিদে ! সিবু…?
সিনা চুমলিব্রা ?
সোয়াংদা শেলগী লিলা
সঙ্গী কুম্মৈ—অনী—চংপী - মঙা ..
শাল - কম্বল—ফজৈ ?
পুরগা—কংপা থম্মোইদি য়াওব্রে।
শোংনা শোনবা শোননিংদন শোল্লে ?
ও ! হিংলিউঙে, লৈদ্রিব্রাইঙে; নোকমিল্লাসদা।
চংনবী মচা অমত্তুংনা পেঞ্চপে।

( ২৭ )

ইচাগী—ইশুগী নিদনা !
ফজহল্লু. য়ামহল্লকউ, চোপ্পা য়াদে।
অফংবা অমা কৌরকউ, ঝুংঙাইবা…।
ইশুগীনি ! ইশুগীনি !…
ফ্রং, ফ্রং !……হঙা ! ঝুঙা !
অমা চংপী, অনী চংপী, মঙাচংপী…ফ্রং ! ফ্রং !
মঙ্গল ওইরনি ! (ইশু) (ইচাগী)
—সাহেব মচানি; বাবু মূচা
ফনা ফজখি—য়ামই ! (নীনি শুদে ভাওনবা)
মাগীদি ফনা ফজখি……

হেন্দবা য়াদে,—(মীগীদমক, মিংকী) ?
উদে, উদে,–তুংগী য়াত্তে
খণ্ডদে, খণ্ডদে হয়েংগী থৌরাং
—মহা উৎচবোর মক্তনি।
ও! কাও থারনি
তেরা মফোনগুম পাইহল্লনি। (মণ্ড)
—লাইনা তম্বা খয়াৎনি
মীনা তম্বা ওম্বরা
করি কাম্নগবনো কৈরাকপু ? (নুংঙাইরগা লোয়রে।)
—থম্মোয়দি—ইচানা মহেলহননিং, থোইহননিংই
রাখলনা—রাং; থৌরাংদি য়াওদ।

(৫৮)

(কৌরি)— লাও, লাও !
থাবল ফারবা অহিংদা
ঈহৌরবা তোব্বন্দা, শান্নসি লাও !
ঙাওরে, থম্মোয় অনী—খোঞ্জেলসিদা
লেঙমদরে, কৌরম্ন হম্ন, হম্না !
– অমুক্তং য়োজরবদি, মহয় য়াম্লে পুন্সী
পাপ লৈবনরা, খনবদা মণ্ডায়রে
উপায়দি লৈত,–তোল্লিদ মপোকসে !

অশেংবা-হরিগী-খোঙদাবমনি
পূন্যনা থল্লবা-, তীর্থনি !...
—লাউ, থোরকউ, থাদোকলমউ ( নয়ুম )
মহৌশাবু য়েংজরাও
পুন্সী মুংশাংলবা ধর্ম-থিররাও
মুংঙাইবা দৃশ্য কয়া য়েংলোলাও !
করিগী—মীরমদমদা
পুকরি ইপা-ইপুগী উৎ ?
—মমুং উদবা—নহাক্তি ( য়াথলমচায়া ? )
মপান থোকপা চেকশিল্ল । ( শা কৈনা চেজনি )
মরিন লৈবা কনানা—
মঙাল ফংনবা চৎলুসনু । ( অচৌবা তীর্থ-শিংদা )
ওমজবা য়াহৈ অমতং ওইরবস্তু—( থম্মোয় চাউজনবা )
তমলবদি, লাইপাউ-নি লাইপাউ । ( অফবা তমলক্লবা )

(৫৯)

নক্লম কোক্তবা য়াদে—
কোকপা-লোয়রগা, কোল্লমউ
অত্থদগী-খাংদা-নক্লগা কৈথেন্দা ?
মক্লমতনি উরিবা ; মশাতনি চানিংলিবা
মাগীদমক য়ারিক্লদে ?
করিগী পীজরুনি, থিত্থনা চাজরু ।

করম্না—থমনি য়েনখালুকখাদা ! (কাঙ মরক্তা )
ঐনা—কাংথন মন্নুংদা, কৈজুপ মন্নুংদা ।
করিগুম্বা ঙমদবা উরকলবা—থাংদা ! ( হাওনি, রাবিদে )
—কদায়, নহাক্কী মুংশিবা !
খঙজ্রি, হৈজ্রি—নৌরি ?
যনবী, শঙ্গোম পীয়ু, নচা পীয়ু
শীং পীয়ু হার পীয়ু
লৌ-খোয়য়ু—( লাইনি ঐগীদি ) ।
—ও ! কান্নবতনি লৌরিবা—
মুংশিবিবদি উৎতবা ?
মখোয়দা করি তৌরুনি
অচাপোৎনি, জীবমচানি ।
হে, মুংশি খঙজবা, নশাতবু য়েংজবা
পূন্সী মরী খঙজ্রি ;
চান্নবতনি হৈরিবা ! ( হিংচাবা ! )

(৬০)

জ ! চেশা !
লৈবাকসিগী–, রাংমগী–শা উচেক
মখল, মখা......উরনি । তু !
—উচিস্থ য়োকইবা, করি লমগীনো ? ( অঙাংনা )
—মখুলমক্ত ! ? ?

কা য়াম্না হাংলে, সিমু- সিমু... ।
মমিংদি থাই, মশাদি উদে। (লৈমুংদা.. ?)
ছুটি-পীশ্রবা জাংলা — ?
উং ! মনমশিদি——— ?
শা পুম্নবরা, অপুম্বা পীজরব্রা ?
ও ! লাওরবা—, খপকল্লবা লৈরেদনা !
উশায় লৈরে ?
হে, লাইবক থিরবা-শা-উচেকশিং ! (হিংহৌরিবশিং)
দারব্রিন থীওরি চুমলে
মতীক চাবতনা—হিংলে।
—নপাংশিংদগী তোঙালহল্লে (নমনা)
শঙ্গ্দগী থাইদোকলে
মুংশিবস্থ ফংহনব্রে ।
সিমুক লাইবক থিববু ফংখিগব্রা ?
লাউরসিরা পৃথিবী—শিন্ন ?
—হান্না খণ্ডব্রে, খণ্ডব্রে—পৃথিবী উব্রে !
(—তাকউদনা-কান্নদে, পীশিন্নগা (কনশি ?)

(৬১)

লমহুই মকোন থেংনরে ।
নিংথৌদা খর থাদয়গা (চৌংগী)
শুদনা, শেমদনা—আকাশবীজ !
—রাদনা মুংঙাইজৌ-তম্বনি, তারম্বা মনি খুঞ্জবনি।

—পেক্লরেদনা— !
থোংদি কদায় ? লৈতেনা মকমসিদা !
ও ! কান্নদে-রিপিয়ারিং তৌদবা য়াদে— ।
মমাও চহিদা রীপিয়ারিং ...... ?
অস ! করিনো তৌন্নরিসিবো ?
ঈশিংনা থুদেকপ্রে থোংহু
শিদবা য়াদ্রে, অনৌবা শান্নবা ।
মখোয়না শিংরা হেনব্রা ?
চৎখিবনা হেন্দে, লাকইবনা তাদে ।
—হন্দক্লীদি কান্নে ।
এস, ওনা ফরিবা ; এ, ই; ই, ই না মুংঙাইরিবা
শেলগা পাম্মুদে ।
কদায়, অহুগুম্বা লৈরিব্রাও ? ( মন্ত্রীসু )
আকাশ বীলনা ভোং লেপ্পরে ।
নত্তে, লৈবাকসি আকাশ ঙাক্ত ঙাইখিদনা ?
—মচা মশু আকাশবীল ওইনা পোকচরকচনি ?
ত্তে : ? ? ঐাখোয়দি আকাশ য়োফাত্তে ।

( ৬২ )

লেন্দ সিলিং —
অহেনবা লোথোক্লগা, লৈজদবদা পীনবা ?
তন্না পৈশিন্দনবরা ?—লাইরবদা......?
ও, লায়রবশী, মত্তেংনে ।

—কান্নদে হৈনা তেমথোকাখ
মচা, মশু, ইমুংমনুংদা অচুম
অমত্তা পাথোরক্তে, ফজনা শিনখি।
—মপুগা খুৎকা অমত্ত ওইখ্রে ?
আমিন ভুমিল হৌম্নরে; লৌয়াম চাবা শেমলে।
হুরানবা মশেলনা হুখ্রবদা
হুবাননিংঙাই লৈত্রবা চপয়ুংখ্রে! (মমিৎ মনা)
—লৌপু ওন্নরে; রাৎনা পানলমলে; হেঞ্জিললমলে—?
কেশ! কেশ! —শেল থোকফম ?
ফজনা থৌরাং তৌরেদনা—প্রাইজ লৈরে!
মীনা ফত্রবদা, আইন অর্থ লৈতে।
অশেম্নসু, অচোবদা শান্নবসু অমত্তনি
ফংনবদা থল্লবনি।
—লৈবাক অম্নুক চাউববু
কনানা কুপ্লা য়েংবা ওমগৎবনো ?
লৌ লৈজদবশিং, লৌ য়েঙ্গরি ? (সঙ্গ লৈবা গী)
তাবাদা লায়রবা অমা—মমিংতনি, সঙ্গগীনি ?
—উজনিংদে, তাৎকী আইন, তাৎকী থৌরাং! (নহাক্লা ফত্রবদা)

( ৬৩ )

কংলা পাৎ!
ঙা হোংই, অমম্বদা! মচিদা! (পাৎনিদনা)

—চাগদবনি, চামবা য়ারবনিনা ? ? (অতৈদসু)
য়োংনা থাই, শমল থাওদে
—চেকনা চল্লি, চহি ফাদে। (নিংথাম্নরিবা)
লাইফমনিদনা ? (লুখ্রবা মফমনি ?)
—কং. হুপ শেংবা কিম্নরে ?
ও! ঠিকা, ঠিকা ঙাইরিবা। (তোংইদনা)
—মালি হাপ্লসু কাম্নদে......। (মমিংতনি)
ফমফম থমই, থুগায়বগা, ইস্থুবগা
লৈ থাই, নাপী না চায়।
—অচৌবা লেওলকপা— (অসোমদগী)—হোরেদনা !
মতাংসি লুমলকপনি ? (ঠিকা)
তোইনা লাকহননিংই, লাকউগবা !
—সহরগী মমায়নি—সরকারগী মমায়।
থি, থি—নমায়হু।
সহরসু চামশিল্লে; শুসু শুজিল্লে। পুমলে,পুমলে।
কায়রো কায়রো, পাওনম হিদেন
নিঙোল চাক্কোবা য়ৌত্রিবৈ (চোপ্তনবা)
অপুম্বা মথৈ তাউথখিনবা !
পুকদি ফম্নরেদা, লৈবাকমচাশা! (মাঙনবতা)
—থরায় ইংহনলিবনি, ঈকংথাদা, পাৎসিনা ? (সহর)

( ৬৪ )

ইম্ফাল ! ইম্ফাল ! ? ?
হুয়েল /সিস্টেমদা লোয়শিনখিগদৌরে

লম. লৌশিং, থৌনা পুম্বা।
—(কবুই-কৈ ওইবা) হন্নুবী চাগে।
থবা চাও, থবা চাও
মমাঙথোঙস্থ শো লোম্লে; মনিংথোঙস্থ প্রোরোন।
—থবাতোন, থোঙ হাঙও, নবুং তরেৎ লাকলে...।
চেম্নে থা-ম্বাং—লক্ষ অমা ?, অনী... ? ?
হিংহৌবনা কৈ মুংঙাইনা ! (লব্রায়দা ওইরবস্থ)
নমথিনমহা পামজদে; চৌংম্না তময়াদা
হংনা চৌক্লা হিংজরুগে। (য়েংলম্লগা)
—চেম্নখে্ সহর হুন্দোকলম্লগা
লাপথোকখে্ অস্থম অস্থম।
—নত্তে, চুম-শো ফাওবা লোয়না শিম্মরকদনা ?
ইম্ফাল ! ইম্ফাল ? ? ?—পঙথলৈনা...।
হাৎলু, হাৎলু—তাল্লু ! তাল্লু !
বন্দ ! বাজার বন্দ ! —?
—লৌবা লায়, খায়নবা—লুই। (তাম্নবা লুই)
চাদবা ঙমলক্তে, ফর ফর নীনিদা।
—পুক্কী মরিস্থ শাম্নরেদনা !
চুপলে, চুপলে—ফজনা·
তোংজৈ—থাহুনা চিংলেদনা।
—ইনিং তৌজবা ঙমলিবা (কুশি তৌনা)
ঈশিং মুংশিংদমক মঙায়রকলে। (কুইনা জ্ঞান তাদে)

( ৬৫ )

মহারাজ ?
বাদশাহা ? আমির ?
লোয়রেদা, চুরমানে—চারমানে
পোরোবী ওয়ে, হাওরমানে।
য়েংউ, শারবা কালেন মুংশাদা
চুমাং অর, অর, তানা—
অরুম্বা মুংথং থাঙ্গৎলিবা মহাকী পুন্সী।
থুগায়বা লেপ্পা য়াদে—
শুত্রবদি নোংম', চাকথুম মৈহৌত্রবলি। (মুমিৎমু)
...ওয়নরবদি নহাক্না মহাক
অচুম্বা খর ভৌরমগনি ?
ভসিদি, নখোঙস্থ থাঙনিংত্রে
নশাস্থ লেঙনিংত্রে
শেলগী মহয়; থোক্কী দোষ। (লাক্লবনি)
অকা-অকুম দোলাই (জীপ কার)
শুম্মাংদা; খোঙ্গুম ; ইমুংদা খোঙথাংবা
ঘী-থাও, হাওরবা মথৈ—
অথুম,অহাও চা-কোফি মক্তা—মুংঙাইমল্লি।
লান লাকলবদি, চেনবা ওয়রোই
লন-থুমস্থ, থ্মগায়শুনি। (উপায় লৈরোই।)
বাদশাহগী মোংফম ফুরা

মপান্দা—ফনা ফজরবস্ন
মন্নুংদা পোখাকম খণ্ডি। ( মৈচাক খাঙলি )

( ৬৬ )

ইমৌদনিকো ! ইচাদনি ! ( মকু মদোন হৱাওজৈ, কোকথুম্বা )
- ইতৈ লাকই ! কদায় ফিদু ? ( হন্দোকচৈ-, মতৈ )
কয়াদা, ফজগ্রবা-তাঙলবা লননো !
—কনানা—হৌদোকলম্বা, তম্বীরম্বা ?
করি লৈরিবগে ভক্তীগা মায়বা
পুন্নমক মায়থিয়রিবনি মমাঙদা ।
কদায়, মুপা ঐশী-দি—
ইশাদি য়েংদনা—অঙুবৈদি
নোন্নবা লম্বী-লমখাং খায়দনা......?
হুমদোকহনগ্রে, নহাক্কী ফজবা—কয়া
তানবা ফংলরোইদবা, নোংচুপ-নোংপোক মরক্ত ।
—নমিতা—মঙায়রে
নশকতমদি মাঙশিল্লকলে ।
নোংমা তুংদা নদোম
খুত্থম শুজরকনি, উনা উনা মাঙহনখিবা।
—অরঙ-অরাকলক্ত, কাউনরকলে ।
অঙুবৈগী কজব-লিচংশিং ।
ও ! অরীবা মতম নত্তে—অনৌবনে !
অরী-অনৌ-তিন্নবা য়াত্রবা ?

ফজবদি ফজত্নবা লৈবনি
মতমগী মথা পৌন্দবনি।

(৬৭)

নমায় হাঁমোক তৈরে ?
ঐবুরা ? লুচীংবনি।
—ব্রাহোং মত. থেংলে—!
মী-লোয়না পাম্নরিবনি ; ওমদবগী ব্রাদনি।
কল্লকমনবগী-চোংথোকপরা
ডাওবগী —থোরকপরা ?
—লোংপা য়াদে—ক্বাক ! ক্বাক !
অব্রা মুংঙাই অনীদা।
—পার্টিগী-প্রীন্সিপল কয়া ফজরিবা—
অফবা-ডাক্ত খল্লগা ইরক্রবনিনা ?
পার্টি-নত্তে, অফবা-নশাত্নি।
লৌয়াম চাবা, চায়াম পোকপা
কয়াদগী য়াগদগে, কমুনিষ্ট লুচিংবা—
খণ্ডবা-মফমদদি য়ানি।
নীতিগা নশাগা চায়দে
ধর্ম্ম-খণ্ডদে. শান্নবা-য়াবোই।
লৈবাক মৈশা লাওগনি, নশা মৈনা চাকনি।
ও ! নোংদম্বা নহাকী নোংদমখোল্লা
নত্রগা—ঈশিং মুংশিং ফমনবনরা

চীংলোন মাপল কোয়থিবনরা ?
হৌরকপা উপাল, ইনৌ নৌরিবা. ইশোন শোল্লিবা
পুকচেল মচা ভাক্ত লৈরিবা ?
—অকনবা মুংশিং শিংহননিংই, নৈতননিংই।

(৬৮)

অয়ো ই-মা ! ? ? ( অর্থ ? )
অত্থরা-থৌনা-, লিংজেল
তিংথং যুবদা, খুদি-থিবদা-লাউবিবা।
—করম্না থেঙনগনি
জঙ্গল-শা কৈ-মক্তনি।
লাউ-খোঙলবা—নোংলৈ-মুংশিংনা
ফুক্তুনা খোম্না—শিংলকলবদা
নযুম ইখোল পাইখিবা-তাই ?
অশাবা—মচা নত্তে
অইংবা—মশু নত্তে
উকমগী—হরাই মতোন
করি ওইনি, চৌন্দা চাউজবা নত্তনা ?
কদায়, ব্রাংলবা...হিমালয় কানবা
শুকলবা—জঙ্গল থিনবা
লুরবা সমুদ্র কুমনবা—।
লৈতে—অরাইবতনি, মুংঙাইবতনি ?
— নরিল—লৈত্রবদা, মীনা তাল্লকনি

নওনা চেনগনি — মায়থিবা ।
—মহৌশানা — শোলঙলব্রনে ?
পীরি অশাবনা ফংঙমলরোইদবা
অইংবনা ব্রারগদবা—অইং-অশা! ( অফবা )
—শীজিন্নবা হৈত্রবা, খঙত্রবা অরেম্বনি—

( ৬৯ )

তৌমাং! তৌমাং! ( কিজৈদা! )
তমথিরবা লাইনা-লাইচৎ ।
মাস্থ-শেৎলে, ঐস্থ শেৎকনি
মাস্থ ককলে, ককনি ।
নঙস্থ লাওরে, লাওরনি
নঙস্থ খুরে, মাস্থ খুরনি ।
ব্রাংনরে, ব্রাংনরকঃ
কোৎলি, কোৎনরকই ।
মোরে চৎলি, মরি-মরি......
তুমু চৎলি, মরি মরি .. |
লাইনা-সি লৌনগনলিদা! লাইনাসি ?
পান ত্বকান ফমই, ত্বকানমক্ত
কা চায়, অঙাংস্থ মুবীস্থ ।
চম্মেলৈ য়োাল্লি চম্মেলৈ ঙাক্ত ।
থকহ, অথকপা মক্ত

ফোর পুরকই ফোর, ফোর মক্তা
শান্নরে হাওশিমক্তা হাওশিমক্তা
টিকেত ককলে, টিকেত লোমদা গুক্কং !
তৌমাং ! তৌমাং ! তৌমাংনা লাইজুরবা লৈবাক।
শান্নবা হৈতে; পোখাবসু হৈতে
চাবা হৈতে; থকপসু হৈতে।
—অদুননি ব্রাথোক ওইরিবা, থবক থুদিংদা।
মীবৈবাক্তদি হৈমানে... ! হৈমানে !
থকপসু, চাবসু লৈবাক ব্রাথোক ওইদে।
শান্নবসু, মুংঙাইবসু মনিল নাইদে।

(৭০)

নশাগী অশোয়বদি য়েংদে
মীগীদা ময়েংই
করম্না য়ান্ননি ইবাইনী লমদমশিদা।
খঙনা খঙনা চুমথোক্লদে
উনা উনা উশিন্নদে
অসুক ফংনদবা মহিংবো।
অচুম্বগী নত্তে পুম্নমক
হেননিংবনা ইশানা
শিনবতনি, মরাল ইরাল।
চুমই, লাম্নি তাকউবা
অতাকপনা লান্নরি

অরাবা হেন্নত্তুম ফংনরি (যুগ অমনি)
উরবস্নু উদে
খঙলবস্নু খঙদে
অশম্বা লাইরানি মতমগী। (শোকলক্কনবা)
অমীরক দণ্ডি ফংই
করি কাম্ননি
করিগী তাকউনি।
থিনা থিনা ভাঙনরগা
মুংঙাই. পেন্নে; (মুমলি, ঙাল্লি)
তুরগা, খ্বাক খ্নে হৌনা হৌনা। (শোয়বা উরগা)
—মীসু নত্তে. শাসু নত্তে—পেন্নুনি পেন্নু!

(৭১)

কোকলে—মরু.. কোকলে!
মপালদা লোয়শিল্লেদনা?
—পানবা ঙম্লরোই, হিংচাবশিংসে
—মুল্লগা চাওদনা, কনাগীনো থাবিসিবো? (খঙনদে)
—য়াম্লৎপনা মতীক চাই
চারোই, পীজরোই অমত্তা। (শাওনা)
—থাউ ঙম্লগ', হূবান্দুনা চাগনি।
—হৈ, হূরানবা—ও! হূরানবাও! (থৌশানদে খঙদবনা)
মপান্দগী পুশিল্লকইবা

কমলা, চম্প্রা, শেম, হৈনৌ......
হাওইনে, থুমইনে।   ( লৈম্নবা )
চাবদনি—কান্নবস্থু খণ্ডদে ;   মাওবস্থু উদে।
"উহৈনা পূন্সীনি পূন্সী ?"
থাবা লেপত্রবদি চতি চহিগী—
হৈকোন মাইকোননা থল্লনি।
হৈনা—ওইবা, হৌবা ওস্রা ?   ( আকাশবাণীগী যুগদা )
লেম্না ফংবা লৈরি ?
—ব্রা ভাওনিংভাই লৈত্রেদনা—।
ও !   তম্বীবা তারি চহি কয়া কয়া
হৈগী ফজবা, হৈগী মমল !
ইশুগীনিকো, পুংদোনসি চাউরগা......।
—ত্রেগীরা পুপু !   ?   ?

( ৭২ )

লৈকোন অমদং স্বর্গগী—
উজনিংই মহৌশাবু ওমজবা ?
লাইনা থাবা লমদমনি
মীনা—শেম্বা হৌনদে।
হিংবতনি পামলিবা
চাবতনি হৈরিবা।
লাইনা-শেমজরক্কনি লাইগী লৈকোন ?

—মুংশিংনা হুমলকপা
ঈশিংনা—চাইথোরকপা
শা-উচেক্না লংথোকলকপা
লাইবক ফবা মরূতনা—
শেমজরবা—লৈকোন—চীংমুংলক্তা ।
—মথন্তু হৌজবা কেতুকী—
মদোম শাৎচবা; নারক মোংশোংলক্ত
মদোম কেনজখিবা, চিনবীনবা য়াওদনা ( উবদা )
বসন্তগী খোইনিং মরোল থোক্তে
পাঞ্চম স্বরস্থ শুদ্রে, কোকিল
খোইমু খোইরাবস্থ ঙঙনিংদ্রে ! ! !
পেল্লে,—উজনিংদ্রে ফজনবা শেমনিংদ্রবা থম্মোয় ।
কনানো চৎনিংলোইদবা
হেঙ্গিং গার্দেন ; বৃন্দবন গার্দেন
স্বর্গ—লৈকোন - শুমহৎথরিবা—?
—লাকহননিংই, য়েংহননিংই ঈরৈকোন ।
নখুৎ থম্মোয়দা ঙাইরে
মহৌশানা চানবীরবা চীংলমদমসিদা
পৃথিবী-না উথিদ্রিবা লৈকোন অমনী । ( শেম্নবা )

(৭৩)

শোনপ্পী—চোঙভা অমুবী—
শকপা শোনবা ভনই—

য়াম ! নাম
অল্লাগী তেনরাম্তু শোল্লি—
হরে কৃষ্ণ, হরে, রাম...রাধা কৃষ্ণ ..... ।
তম্ব তম্বীরবদি-, ঈরোন্দা শোল্লিবা
অচুকপা নত্তে, অঙকপা ।
—( রুশদা ) লমহেনবা নহা ( লম্বীদা )
ফুই, য়াংকই অহলনা
নোকমি নোকমি হন্দোকখি রুশপাখং ।
—থোৗবান্দোং চক্কবু কায়নবা য়ৈত্রা - -( খঙই )
( শোমদনা ) উংশিন্তবা অহলবু—
য়েক্লবঙম মখুৎ হনবা—
অহল খুৎফুম্তু খঙদ, অর্থম্তু উদ ?
—থোঙনা খুৎনা শোকফদে
মমি নেৎহৈদে—ফজরমইদা ! ( অহুৈঙ মতম অমদা )
মীবু মীওইনা উম্নরম্বা
অহলবু ইকায় খুম্নরম্বা, লাক্‌খিগত্রা ?
—পামলিত্রা—অহল নহা খায়দবা
থকশি খাকশি লৈতবা লৈবাক
অঙম অঙম ওনশিন্নবা-হিংচাইবাক ?
—তম্বীত্রবদি মীওইব'; ফাজিন্দ্রবদি ত্রাইবঙমী, শাথিরবা শানি ।

( ৭৩ )

মথা-শাই—য়াওশঙ ( লাকপা )
থাবল চোংবা, শেনখায়

হোল্মি লাকই, দক্ষিনা
মৌগী চাকচাইহেজনবা-কুম্মৈ
ক্লব নহারোলগী—স্পোর্টি—
লৈকায়, লৈকায় মথং-মথং
য়ামত্রবস্থু শাপম্নুং? (চৈবস্থু কিবা)
মথা চোংই মথা নীকই। (এম,এস,এ)
—তলবনা কৈদৌনি—? কোম্নগনি ময়ামসে?
করি উপায়? মকম কদায়দা? (থিরকই?)
—শেলনা লুশিল্লকলে; প্রজাগী-লায়রি
মণ্ডলম্বা মণ্ড ওন্নরে, য়াজ্রে। (লান্দবা)
—নখোয়দা পীবা য়াওখৈ,-চাম্মা……
নখোয়দগী-লৌবা লিশিংদা—
তোংইনে—লৈরেদনা?
খণ্ডম্নরবস্থু কেম্না য়াররোই
শেল য়াওদনা য়াপোৎ নত্তে।
—চৎলিবস্থু-উরেদনা ?
খর পীশিল্লকউ; তুংদা……
জুরার থাবগুম থাওদনা।
—ঐগী—দাও, নওগীনি
ফাওত্রগা থাজিন্নৈ, [ফাওনদে য়াম্না]
মথংদা ফাওরক্কত্রা? মথংদা?
—শাদানবা, ফিরাল মমায় চুমলিদা

লাংদা পাইশিল্লকই চেল্লাচাশিং!
"অঙম্বা, করি য়াংলি নহাক্কী"
মথা শানিংঙাই লৈতেনা।
প্রজা লৈরি, অরাংপা মেল্লবা
হৈরগা লোয়রে শান্নবা। ( কুকাং )

( ৭৫ )

লোকচাউদা—মোরে বস... !
করি হায়বা, চৎখিবরা? হল্লকপরা?
...কনা কনা য়াঙবগে?......
—মুপী-মচা অমথক্কুং হি'হৌই... !
—গাড়ী পুংগু শুগায়, ঈমক্ত... ! লৌবা য়াংত্র।
হে! মনাগী সনা! ঙক্কী লীক!...
অমত্তা য়াওদেনে—অমত্ত পক্কে !
—শেলগয়্—ইহাং হাংলমলে বেগ?
অস: অসি ভায়বা লৈরেদনা, ( লমশেন )।
লৈবাকসিদি—অশিবা-লুম্নরেনা?
মুংশিবা, খঙত্রবা অরাবা পোক্কবা থম্মোয়
চৈনাখোলনা ওন-থোইরবা
লানঙমদনা-লৈরবা হকচাংশিংগী—
লাউথোংবা, নাহেবা-কাউবা-ঙমলিগত্র।?
ও! অঙকপনি—মোবে থম্মোয়!
অকিবনি—মোরে থুং!

চেনশিন্নখ্রে — চেনশিন্নখ্রে ?
? কন্নবা ? মতেং ? ...... ? মী কুন্নবা নত্তে !
গাড়ী য়াদবনি ! — ( তুমিন্ন হন্নখি )
—লাইবক, লাক্লবোই খল্লুরব্বনি ।
মখাথংবা-, ইবাইদি হৌখ্রবনি ।" — ( থম্মোয়দা )
অসিরা লাকইবগী আশা
অসিরা হনখিবগী নিংবা কায়বা ?
— কিরে, মীশিংসে ! — শেনমী-শিংসে !

(৭৬)

নীংশিংলকলি—
নোংমা চৈরাও-চীং কামিন্ন—পুক্লিং চন্নখিবা......
মথেল কয়া লান্ন , ইমুং-মচুং......
লোয়খি থম্মোয় মুংশিবনা—
—পূর্নিমা—থাজনা জলকেলিবু ঐহৌহন...
ঈনৌ নৌখি ; থম্মোয়সিদা শাক্লখিবা...
মুমিৎতু—কয়াদা শুমহৎলি—
পুং—শেল কাংশি -মোইবুংগী-খোঙ্গেল-লক্ত
ভক্ত—বৈষ্ণব-না— নোলম্বা,মহাক্লা—লেগুথোরকপা ।
লৈকাই-খুঙ্গং লাইশোন্নবা চিন্নখিবা ।
— শুক্লা-মমলবা-থাম্বানগী—অহিংদো
কৈশুমশগু পূমশাল গুলখি
মুংশি পিরাংনা লেপ্তুনা-শিন্থখি ; থম্মোয়সে-কপখি ।

ও! নহানা ইরাংদা ; অহনবা ভক্তিদা ।
ফমমিন্ন য়াম্না নক্না-, তনৌরবী-পেন্দ্রবা নথুংনা, শাপখি
লিক্নোন মরু, থম্মোয় পো হুনবা-কয়া কুইনা ওমথিদে ।
অচুবু- থৌরানী জর্ম্ম-গী—অহিং ভাইওমদে !
ধর্ম্মনা অমা ; থম্মোয়গী—জর্ম্ম,- ননাক্ত...... ।
—নহাকীদমক, মৈকাপ-পী, বম্বুলা হয় হয়া......
বরগী—অহিং, নোংনা-চোংথিবা খওথিদে
চোংলবা-থম্মোয়না,- শক্তিবু থিজরকপদা ।
—অচুক য়াম্নবা—লানমী—মরক্ত, অমতং উথি—বরহু ?
চেংশিন্নকই„ লাকশিন্নকই, থা অমনা থা অমবু ?
স্বর্গ-গা-মালেমগা শিওনখি :—
ওম্মাংদা-মেরা-থাওমৈ মণ্ডাল-লক্ত
ওমহৎলবা-ভক্তিনা-মালেমদা চিংথিবা ।
...নোংঙানগনি কাউথি নহাকী পো য়েংবদা ।
কয়াদা ফজপ্রবা ? য়ুমথোং-য়ুমথোং
মৈ মচা; মচা, ধুপ থাওমৈ...
চোয়না কেপ্লকলবরা থন্না-মৈরাংশিং ?
নওতবু য়েংবদা, থম্মোয়সে চপ লেপথি ।
মুংশি—কপথি—নপামদা হরাও হরাও লাকথিবা
—মতম কুইনা উম্নরুদ্রবশিং—মুংশিবশিং—
—শিন্থখি মুংশিমন্না পি—নোকমিন্নবশিংহু ?
তাওনা উন্নবগী-মুংশি ঈথক্লা

নিকলে ওসিদি মুংশি লমজম ?
—তর তর চিংশিরবা রাকচীং উর-লক্তো
ইংখিদেং' নহাক্কী মনাক্কে, নোংঙাল্লমদাই
মন্দির থোঙ হাঙলক ?
মালহৌনরবা মহৌশা—
য়েল্লিং থা—কয়া কঞনা নৌরে
কয়াৎ থুদিং য়েংবদা ঈহৌরে—
মচু কয়াগী ফিজেৎলক্ত থম্বোয়সে
কোয়চিং চিংথুমা পুরে।
নঙগী কুম্মৈদা পোৎখানিংবরা ?
লমদা থাঙজা-হেঞ্জগী দশা কিথি মঙলাননক।
মকোয় মান্নরবা পাক্লবা পুন্সিবা য়েংবদা
পেনবা নাইদনা,অশংবা, অশাংবা
হন্না হন্না চায়শিন্নবদা, করিগুম্ব অাকপকে।
—থোংলবা খুৎশাশিংনা চেক্না শায়শিল্লকখি
মরক মরক্তা, থম্বোয়সে থাঙবদা য়ানা য়ানা। ( চোংলিউ )
লৈবাক নোমখিবা, মাংলেম মিরথিল্লা-পেল্লকা ?
—মৌ মরক্ত ইকাইনা চাখিবা, লক্ত লক্ত—
মচুম তানা কেনা—অহল-লক্তা থোংজোম পর্ব তাখিউ
বসন্ত রাসকী শাথেকদা থৈকপা য়াওরি
নহাক্কী-নতুং ইন্না,সুর, তাল-মরক্ত।
—অসিরা-ঐহাক ? নহাক ?

মুংঙাইমল্লত্রা ? অবাবা লৈজ্রবরা ?
—ঐনা হারৌ, মানা ককচেং ?
মানা হারৌ, ঐনা + ?

(৭৭)

মখোল অমা—দোং !
—দোং ! দোং ! ? ?
বমবুলা মান্দে !—হাংলমলে !—তুম্মিন লৈয়ু ।
- হুন্দোকলমলে,—কৌথোকলাগা পীরমলে ?
দোং, দোং ! আমচা ?
লৈকাই তুমিন, খুঙ্গং চপ ।
—পঙথৈ লোয়না ; লাউবা ঙমদে ।
যুগ অমা ! যুগ অমা !
—মরু, পূন্সী, করম্বা-পামই ?
মৈ-চুবদি-নখোয়না চুরম্লগা
সি উদ্রা ? ( কি )
নকোক অতু-করিনো ? থম্মোয়তু কদায়
নমিৎতু-করিনো ?
অরানবনা লোম্নহল্লগা, চেনবা য়ারোই ।
ঙাইখো' নখোয়পুম্বা ! (মন্ত্রি, অফিসার, ডাক্তর ইঞ্জিনিয়ার, ঠিকাদার)
দোং, দোং, ,দাং ! [illegible] ?
লৌথোক-লৌশিল ? লৌথোক-লৌশিল ?
—অচুম্বা ? -খর চুম্বা ? খর হেন্না চুম্বা ?

দোং—দোং,—দাং!
লৈবাক লুচিংবা খোৌমনদে
লৈবাক ৱায়েল শোনমনলি
অচৌ মচা খায়মনলি।
—ৱাকং—দোং, দোং!
করাম চাওবা, নতুংদা?
—লাঞ্জয়ে, অমুক্তংদি…; তৌজয়রোই।
—চুপ্লে?

(৭৮)

লৈকা চোইনা তারমলে
মুংশি লৈরাং শিঙ্গারৈ
শাম্বা শারাক তম্বদা
পাম্মু খম্বাল কেম্লে।
পাম্মুই, পাম্মুই।
লৈবাক নিংথৌ পান্দবরা
লৈকায় খুঙ্গং নাইদবরা
অহিংবনা চুম্বরা
অশিবনা লানবরা?
কনিগী ৱাকংতনি?
মপু ৱায়েল কিদনা
শাংতমদনা শাংপা লৈরাং
হৈ-লৈগুম খংতুনা মালেম লৈদা

নৈখায়হনা লংথোকপা
পুন্সী মফম খঙত্রেদো।
ইশাবী কনা লৈতবরা
ইশানৌ কনা তাদবরা
মহর ময়ায় মকসিদা
উংশিংমন্দবা নত্তরা
শানৌ করি চৈরাক ফংগনি?
চীংমুং লৈরাং অনৌবী
চীংমায় থক্তা নৈখায়বীশুবী
মীচং নঙদি ফংখিত্রবী
মুংশি থরায়না কুম্নক্রা
শঙ্গেলথোঙগী থোঙখাদা?
চিন্নবা লৈরাংনি চিনলুনা
লানগল্লবা মীওই মপোকনি;
শাদা ফাওবা খাক্লা শাদমই
করি থম্মোয় পানবনো?
করম্বা জীব ওইরিবা?
কদায়, নুপীগী লাম্মী অকনবা?
—সেঃ সেঃ অঙম্বশিং। (লাওরনবা)
ফিস্নু শেংত্রে, শেংপগীস্নু কায়দ্রে।
চীংগী লম্মন—তমগী—লম্মন—?
চীং-তমগী লম্মন অচৌবা ঐদ্রী?

(৭৯)

লৈকাই তূম্মিন—
ব্রা লাল ঙাঙবা ঙমদে
ব্রাহৈ অমতং কাংনিংদে।
থুননা লৈকাই ঙায়
লৈকাইনা ইমুং-মন্নুং।
—পঙথবা যুগনরা?
নত্রগা থমাইশ্রুবরা লোয়না?
লোং চৎসি কদাই
লৈকাই হৌসি কদাই?
—ঙসিনা করম্বা
ঙরাংনা করি?
লৈকাই, লৈকাই! (কনা কনা লৈবগে?)
অমত্তা খুমলক্কে— থোঙ ফাওবা হাঙনদে।
—কদায়দগী নচা–নপ্পু থোরকদগে
নখোয়না থোঙ লোল্লবনিনা?
ও! লৈবাকসিবু—তৌনিংবতা তৌহল্লব্রা?
—মতমসিনা ফত্তবসিদা—! থোকপা......
মতমগী মরাল! অশোনবগী যুগ?
—মী, মীনা মী উদ্রে!
মী শেৎলে; হুঞ্জেক্লরে।
হে! মপু, থৌজানবীয়ু।

—মপান থোকমু—কোম্মোং লানগমু
মতম লোয়রে—
হিংহৌরগা লোয়রে— ।
লৈকাই ! লৈকাই ! কনা কনা...... ?

( ৮০ )

হৈমা ! পুক্ক তৈশিল্লকলে !
সো তৌমু মীমাঙদা
চপকে অা য়ৌনা ?
—সমাজ মমাঙদা কাহেনবা
য়াদে রারকফম থোকই !
অথিঙবা লৈত্রবা মী শানি ।
—ইশাগী চৎনবী ঙাকদবনি
ইশক থঙহননিংই । (পীক্লবমু)
ফিজেৎ—মীমাঙবা, মীওৎপা—
মতৎ, মচেৎ—অপাবা (অউবা) মাঙহনখো ।
লমচৎকীরা ? নত্রগা
ফিশেৎত্রিবৈদা ওইরম্বা সমাজ
ফিজেৎলবা সমাজগা করি থেন্নবা ?
পুন্নমক রাখলননি
ফিজেৎ নত্তে মাঙহল্লিবা
শানি মীদা লৈরিবা

রাখল লৌবা, শীজিন্নবা হৈত্রিবা।
য়েংউ. ফজনা লোয়শিন্নরে—
চেকশিন্না—শেৎনখ্রে।
লৈকাইশা, য়েংবা উবা হৈত্রিকো
য়াম্না নেমলি! (মিৎয়েং।)
অঙাংমচাশিংসে! চাউরকখিনি!

(৮১)

নতুংদা! নতুংদা!
ই...মা—ই-মা! (শারা/অঙাওবরা/ফত্তবরা)
লুতোন শাৎলুরে; ঙাওশিন্নমু।
—নতুংদা লাকলে! তূ!
? ? ? লাকচসমু! (উদনা)
নাম্থোকপা ঙমলরোই?
—কোয়না—চাকশিল্লক্রবা প্রলোয়গী লম্মৈ।
উপাল-রাপাল—নোংদম্বগী থৌজালদা
অশংবা মনান তাঙ্গোয়
অকংবা উশাশিংন মৈতান।
—লম্মৈ চাক্লবা চীংমায় থরায় পাল্লখিনি
নোংদোন লীক্লা খীকপদা অহিংগী;
কুমগী শিদ হিদাক চায়বদা (নোংনা)
অনৌবা অশংবা, য়েন্নিং কুপ্পনি।

মফমত্না, হিংমিন্নবগী ধর্ম্ম খণ্ডলগনু
পুন্সী মমল উরসনু
থম্মোয়দগী লাউরকসনু—
ইপা-ইপুনা পামলম্বা—"লাইরৈবাক ! লাইরৈবাক !"
ঊশৈ ওইনা শকলবনু
খোল্লাও ওইনা লাউরকনু
মখোয়গী থল্লায়শিংনা পেনজনি। পেনজনি।
—:থৌনা, লৌশিং, লমচৎনা লাইগী খুভম ভাল্লকউ ? ?

(৮২)

বন্দ ! মণিপুর বন্দ !
—নরৈবাকদা হনখ্রো ! হনখ্রো !
লৌমনলি, ছোনমল্লি—লমদমসিবু মুংশিবা নত্তে ? (নখোয়)
লৌবা লায়, খায়নবা লুই, বন্দ!
বন্দ !—"মণিপুরী, নিপালগুবদা য়াওহল্লু"
খুৎকনবা, পাঙ্গলবা, চাউজবা তাবনি „
লম্দেল মথৈ মনিং ময়া শেমজিন্ত্রি ?
বন্দ ! বন্দ ! গাড়ী বন্দ !
অরাং বন্দ ! মথা বন্দ—ফুরকপগী ।
—ভারাগী বন্দ !
বাজার বন্দ ! বন্দ ! —ফম পীয়ু ।
এভহোক লৌথোকপীরে ? (অনৌবা হাপম্রে)
বন্দ ! - বন্দ ! মণিপুর বন্দ

টেক্স বুক ফংহল্ল ! (অনৌবা সেলেবস, অনৌবা লাইরিক)
কংলা বন্দ ! —মণিপুর বন্দ !
অসাম রাইফল হোংদোকহল্ল ।
বন্দ ! বন্দ ! (পুং হেন্না হেন্না শাংদোকলকনৈ)
লৈবাক্কীরা, নশাগীরা ?
বন্দকৌবস্তু রাদে, বন্দদেবস্তু শোক্কে
লাইরবতনি চৈনা কংলিবা । (খুদক খুদক্তা)
অরৈবনা কদায়দগী উগদগে
চারা তাপ্পবা লাইরবশিংগী অরাবা
মৈ মুৎলবা চাকথুম ? (মথোয়না)
মশাতনি উজরিবা, মিংচৎতনি পামলিবা ।
থৌনাস্তু লৈত, রাস্তু রানিংদা
চারা হেনবস্তু হেননিংদ; জেলস্তু চংনিংদ । (বন্দদৌবা)
ও ! হেক্তা শিংনরে, লাইরবশিংদা ?
—কদায় বন্দ ? কদায় বন্দ ?
—বন্দ চারগে ? বন্দ চারগে ?

(৮৩)

কল্লাং লোয়রে—অস !
"প্লীজ, ভোৎ ফোর—ভোৎ পীবিয়ু ।"
করিমত্তা থস্থল্রে । শুন্দা চৎনরে ?
আই ! য়েকশিল্লমলে কজনা থমজবা গেৎসিদা ?
ও ! এদভরটাইজশিং মমায়দা থাজিল্লমলে নপশিল্লমলে !

অরুবা অনানবা উবা য়াদে ? 'তৈশিল্লগা পেনবগুম... ?
...হনথ্রো ! ...নিপালগুবদা চলইল্লু । ...দন্দি পীয়ু !...
—ফজনা তমলে—রাখলস্থ য়াওদে।
মীগী মমলস্থ খঙবিদে; অপাম্বস্থ উবীদে।
তূ ! আ ফক্লাংদা থারিসে
জাং জাং...খোংচিললিবশিং। (এল, পি দা)
হো ! য়ৈরক্রেদনা মথাদা
মথক্কী লাইনা নত্তে; অরিবা লাইনানি ।
পেন্সিল পায়—হেক্তা য়েকনিংই, খোংচিননিংই। (চেক্রু-বেঙ্কদা
ফক্লাংদা)

কলম পায়—ইনিংই—থানিংই—থানিংই... ।
—মায়দগা য়েকশিল্লকনিকো ?
লমদমসিগীরা খম্মদলাইচংসে ?
ফজবস্থ পামইবনি
অক্রুবস্থ লৈহননিংবনি
অত্তুবু খুংসিদি হেক্তা লাননিংই ? (লাইরিক্তস্থ থেংনরবনি)
য়েংবস্থ হৈতেয়ে—মীগী হাইফেৎ উরগা...চাউচংনিনে ?

(৮৪)

নুংবু মুংশিরমত্রবা
ভাওস্থ ভাওলমলোই
চৈনিংবস্থ চৈরমলোই
পানস্থ পান্নমরলোই ? (মুংশিমনবনা শাওজবনি )

—পোরকম লমদম লমম্বুংশি !
ম্বুংশি নঙঙম ফংঙমলোই
মালেম নৈদা অতাঙবা
খরায়গী পোথানকম স্বর্গ—
পূক্রীংগী-শান্তি লৈকোন।
—নৌরবা-খুৎচাগী-জগোয় খুৎথেক্ত—
ইংনা শুমহৎলবী-শাথেক্ত
তাইবঙ শিন্না—ঙাওনরিবা—
পোরকম লমদম লমম্বুংশি !
—ধর্ম্ম-মশেল য়েংথিনদে !
জাতি মশেল মুক্লদে ;
থোয়না শাদে কালেন
ইংস্থু ইংদে য়েৌনা
পোরকম লমদম অতপ্পী—।
—থম্বাল লৈনা লানবন চীংলোন
লৈয়োম্নুং তমপাক, তোমথিন মনি,
স্থুরগী ঈহৌকম;
অকনবা নোংলৈ স্থুংশিৎ য়ৌঙমদবা
শান্তি লমদম লমম্বুংশি !
—অরানবা খোঙথাং উরকলে। (তপই)
অশোয়বা মিৎয়েং খঙল্লকলে
—অশোনবা থৌনা মাঙশিল্লকলে
জয় ! জয় ! লাইরেম্বাক (ব্রাহৈদ)

## শিংজিন্না মুংশিং

অস! লোয়রেদনা।

অফিস মচা নত্তে, সেক্রেটরিয়েৎনিকো

পান্নবা—মীস্নু থমলিবা?

থু-থাবা ওম্বা অওম্বস্নু ফমলিবা?

?—ও! চপ-পী অমা লৈরে।

লমহুইনা মন্ত্রি ফম পায়রে, চৌকী ফমলে

—ইকাইরোই, ইকাইদ্রবা মী উপায় লৈতে;

অচৌবা মচা খায়দে।

—কদায়ব্রাইদনো? কদোমদা? ( মপানথোকফম )

উং! য়াদ্রে— ময়াম, থাওবা ওমদ্রে......

ইমা ইবেন, খুরা মাম্মা—মিং য়েংনগুমসি,

বাজারনিগায়না—মী শিরমনিদনা?

—লৈবাক মপুশিং! ঈশিং খাও পোকথায়বা তারে

শোইদ্রবনি লাইনা—কিদনী শোকনা।

ইঙোখোয়, ইকাইরুরম্নু—লাইনা পক্তৌ শরুক!

—হুই ইকাইদবশিংসে।

ইকাইদবস্নু হৈহনবীরে, লাইনাস্নু পকহল্লে?

—বাজার পুবশিং মমিং মুৎথৎলো—থমলুরম্নু

( শেল তানবনা লুবনি )

লৈবাক হৌবা য়াবা নত্তে। ( মপানথোকফমগী )

—হকচাং ফরনি—লোয়না থিংকৎনরে?

মালংদা ওওহ্নৈনা করি কান্ননি?

## শিংলিবা মুংশিং

হৌজিক্, লৈহৌবত্নবো ......
মঙলনে ? চেনমাং মাঙলিবস্নিবো ?
ফাইল মাঙলে—কলম লৈরমদ্রে...... ।
—করিনোনে, অঙানবসিদা ? ( অফিসসিবো )
সার, ফিলটর লৈরমদে, বদ্ব য়াওদ্রে......
—থোঙ লোল্লমদ্রনে ? ( চৌকিদার )
সার, ম্যাংমক্তদা থিংজিনজরম্বত্নদি......?
—ভূত, শান্নবা লৈরেদনা ?
চে লৈত্রে, ( ঙরাং লৈখিম্বত্নবো )
আই, ফাইলগী চেনাম্নু য়াওরমদ্রে ।
—সার, গাড়ী বেটরী য়াওরমদ্রে... ।
ঙাইখো,—হল্লো ! করি......কয়া ? অস !
ইমুংম্নু, অফিসম্নু চংলেদনা ভূত ।
—অবোক, থামেন অমত্তা পানলমদ্রে ! ( তেকথহৌবত্নবো)
—পাবা, কোম্হোংজে য়াওরমদ্রে......।
—ঙসাই, মনিংদা ফৌরম্বত্নবো......?
ও ! নশা হুখিদনবা চেকশিল্লু ।
লৈকায় য়াদ্রে, ইমুং য়াওরে ?
—অম্নক রাবা মহিংসিবো, করম্না পান্নি ?
ও ! তোক্করসি—মৎনরগুমসি মহৈ মহৈ......।
নত্ত্রে খুল তুমদ্রিম্নখৈ তাররোই ? (চাকপদা)
লৈবাক মচাশা, হিংমিন্নসিদা !

## শিংলিবা মুংশিং

লৈরক থুমলে, নোং তাফাৎত্রিরৈডে
লোয়না তাওথোরক্লেদনা, অস! করম্না চৎনি?
তুরেল চাওত্রিরৈডে, লৈরক্তা রীলিক লাউরে......।
—হিংনা নরকদা কুমলে।
পামইনে অরেম্বা, অহাওবা ( লোয়না )
ইকাইদে--কনানো চোংথোরকউ......
ইপাদা নাপা তৌরকউ......( ধমকি )
—কিহে, অকনবনি—অফাওবনি। ( অহোবা ? )
লৈকাইসু মপুক ইংসি, ফৈ।
—কুমচুপ্পা থুম্বা নত্তবসিবো ...... ......
হৈনরে, হৈনকায়—মনম মহা, মচুম মরেক
—থকপু থকলক্কনি, হৈনবদগী?
ইকাই—মী উথ্রবনে?
—লোইরমলেদনা—উজার......। ( ইশাগী য়েংবদা )
চৎফম লৈরকলোইদৌরে, য়াংলেন কানগদৌরে
—চৎচনিংঙ্গ পাকাদা, লৈথোম, থোও চোৎতনা ভোৎতনা
পুক্না ফত্রিবা, থুৎনা প্লসদমক......।
—সরকার, থুৎ থাদে, লৈকায় কি। (ভোৎকী )
তৌনিং তৌনিংবদা তৌহল্লী।
অরানবদি উই, থওই, থুৎনা লৌনিংবসিনা চিনসু ফাজিনবা
ময়ামসু হৈনবত্তুদা, তুমম্নিন লৈরসি?
লোইতারে। -থর চাউথোকপীরকউ থম্মোয়দো?

( থায়দোকপীরকউ )

---

## শিংলিবা মুংশিং

শুক্রবা উমংসিদা, শাদানবা—নহাক্কী কিহনখোঞ্জেল
—থুংলায় মরাল—হৌবা নত্তে. তাবা নত্তে। (থুংনা)
নথন্ত খনজবনি—হৌরে, নীকলে !
—উ-হ্রা মরক্তা লেপলগা, অতিয়া মচেৎ...? (উবা ঙমদবা)
অদুক পীকলবা নহাক্কী মপাংলক্কো
জগৎ লৈগদবগুম উহললি, কিহল্লি।
—পাক চাউরবা জগৎসিদা, নহাক উঙ্খলনি
মচি অমদা ননিং তৌজবনি, ঙমখৈ লৈরিবনি।
—অদুবু, ঙসিদি করম্বা থম্মোয়না—নহাক্কী
হাৎলগা পেল্লি, নিংবা থুংবগুম খল্লি।
—হিংজনিংবা মাগী পুন্সিদি, থদংখ্রে। (হনবম্মু য়াদ)
পামজরম্বনি খঙদনা উদনা (চম্মা. মহৌশাগী)
—মম্লবা তাইবঙসিদা, অঙানবা খঙবা কয়ানো ?
অঙানবা উবশিংমু মমদুনা থেঙ্গায়নরি ?
—কদায়, অউবা শাদানবা, নহাক্কী থম্মোয়—!
থৌজাল, ঙনবীবম্মু চেন্দ্রবা পীকলবা...।
—নেপোলিয়ান, হিটলর—নহাক্কা কয়াম হাৎলমবগে ?
করি থিরমলিবা—নশাগীরা, মীওইবগীরা ?
—মতমদু কুইরবনি, ঙসিনা, অনৌবা তাইবঙনি।
হিংমিন্নবা, পুন্সিশাংনা পানবা। (য়ারিবমখৈ)
ও! শাদানবা! মুংশি শাদানবীয়ু।
—মুংশি খঙদব, হাৎপিগনু—শান্তিগী উমংনি

(অনৌবা মীওইবগী)

---

(৮৯)

শিংলি কন্না
মুংশিং (মুংদা)
চীংলৈবাকসিদা। (লেপ্‌না)
উরু, উরু — শ্রু, শ্রু
হু, হু — হুইস, হুইস
ভ্রুঙ ভ্রুঙ, খ্রাক, খ্রাক — দ্রোং, দ্রাং।
কুমদম্বা, লোয়ারাকপা
অখাক, অরাও
কৌক্রু, ঈচাউবা — নোংজুথাদরা ?
লাইমুংশিং ?
চালৌ, হিংলৌ মুংশিং ?
পঙশিং ?

| পেজ | লাইন নং : | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ১০ | ১২ | লৌজদববু | লৈজদববু |
| ১৪ | ২২ | শোলমলমিদা | শোলমললিদা |
| ১৫ | ১০ | মনা | সনা |
| ১৭ | ১৭ | চৎলবানেকো | চৎলকলেকো |
| ১৯ | ৯ | লোয়দেনা | লোয়রেদনা |
| ২৪ | ১ | লৌশা | লৈশা |
| ৩৮ | ১ | হৌবা | থৌবা |
| ৪৯ | ৮ | পীথকনি | পীথকলি |
| ৫০ | ১২ | থকপো | থকপোৎ |
| ৬৯ | ২ | মি | সি |
| ৯০ | ৩ | স্পোর্টি | স্পোর্ট |

লোইরবা